# পেবেত্ত অঁমসুংঅঁতে বাঁরেম খরা

(রম্য রচনা)

সুরাম

নহারোল খোবঁজে থৌগল্লুপ জারিবোন ।

> **'শেৃখৈত অমসুং অতৈ বারেম খরা'**
> সুমায়না মণিপুরী লোন্দা ইজবা রম্য রচনা খরা পুন্সিন্দুনা ফোংদোচরি।



ফোংজবা ঃ নহারোল খোরজে থৌগল্লুপ জারিবোনগী ওইনা মোইরেংজম ওংবী বাসন্তীনা ফোংজবা।
ফোংবা চহি ঃ ২০০৬ ইং
লাইরিক মশিং ঃ ৫০০
মমল ঃ লুপা
মখুম য়েকপা ঃ নাওরেম নোংদোন সনা।
নম্ফম ঃ সিং এণ্ড সন্ লাইব্রেরী খুন।
ফোন নং ঃ ০৩৮৪৪/২৪৪৬২১।
অচৎপা ঃ ৯৪৩৫২২০৪৫৭।
অমসুং
**দিবাকর, ওফসেট প্রিন্টিং, লালা।**

## -ঃ কথোকচবা ঃ-

*মনুংমতম য়ৌদ্রিভৈঙদা ঈশ্বরনা মাগী খুয়াদা কৌশিন্বিথ্রিবা, হন্দোকলোয়, বাংলা সাহিত্যবু মণিপুরী সাহিত্যদা মহাও পিরম্বা অজ্ঞা ৺লবুক্তোংবম রঘুমণি শর্মাগী মফমদা তৌবিমল উচ্চবগা লোয়ননা কচ্চরি ঐগী হৈত-হৈতনা ইজবা 'পেবেত অমসুং অতৈ ব্বারেম খরা' কৌবা লাইরিক মচাসি ।*

*সুব্রাম*

## সুব্রামগী ফোংলবা লাইরিকশিংঃ-

---

১) শম্বল সংগদবনি ( শৈরেং/১৯৮৮ ইং)
২) লমহক্করবা পুন্সি ( ৱারীমচা/১৯৯৬ ইং)
৩) মশা চারবদি কমদৌনি ( ৱারীমচা/১৯৯৭ইং)
৪) লৌশিং চাওবা মরি ( ফাগী ৱারী /১৯৯৭ইং)
৫) মমল পিবিরৱোইদ্রবা ৱাকৎ (ৱারীমচা/১৯৯৮ইং)
৬) জুৱার (ড্রামা/১৯৯৯ইং)
৭) খুনুখোংগী শম্মদগী হিংনবা লান (ৱারীমচা/২০০০ইং)
৮) হীরা মেমসাহেব (ঐতিহাসিক উপন্যাস/২০০৩ইং) কামিনী কুমার সনাগী মেডল ফংখ্রবা।
৯) অফাওবা মীওইশিংগী পুন্সি ঈচেল (পুন্সীৱারী/২০০৪ইং)
১০) পারা তাকপগী থৌরাং (হন্দোকপা/২০০৫ইং)
১১) পেবেত অমসুং অতৈ ৱারেম খরা (রম্য রচনা/২০০৬ ইং)

নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ জারিবোন

# থৌগল্লুপকী মাইকৈদগী

নহারোল খোরজে থৌগল্লুপ জারিবোননা ইং কুমজা ১৯৯৩ দগী মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মখল মখেলগী অনৌ অনৌবা লাইরিক কয়া পুখোক্লুনা লাক্লি ।

হায়রিবা লুপ অসিনা থোংহনবা বাংলাদা হন্দোকপা লাইরিক অমগা থারগা শুপ্না লাইরিক ২৯ খক মথং মথং থোংহনজ্রে । থোংহনজখিবা লাইরিকশিংসিদগী মনা-মথুম ফংখিবা লাইরিক অহমথকসু থাউরে । মথাতাবা অতৈ কয়াসু অাশা থমদুনা নহাওইরিবা অইবাশিংনা লাইরিক কয়ামসু ইনরকখিগনি অমসুং লুপ অসিনা পুখোকচখিগনি খঞ্জরি । হন্দক পুখোকচরিবা সুব্রামগী 'পেবেত অমসুং অতৈ ময়েম খরা' কৌবা রম্যরচনা লাইরিক অসিগা থারগনা খোরজে থৌগল্লুপকী ৩০ সুবা খুদোল ওইরে ।

অনৌবা মখেলগী লাইরিক অসিবু থৌগল্লুপকী মাইকৈদগী ময়ামগী মফমদা পুকচেল শেংনা লাপ্লোকচরি ।

মার্চ, ২০০৬ ইং

লাইশ্রম রতেন্দ্র
জেনরেল সেক্রেটারী
নহারোল খোরজে থৌগল্লুপ,

# ৱাহৈ খরতং

'মীতৌ ৱাহৈ হায়নে 'ৱারেমনা সজোন শাবা' হায়না । ঐনসু হন্দক ৱারেম খরা তাদুনা লৈবদগী কাবক-কাবক্কী সজোন অমা ওমনি ওম্মোই খংদনা শাবা হৌগৎলগা মওং তাবা অদবা লোইশিঞ্জদুনা নংঙোই হারোইদবগুম মীয়াম মাংদা পুখোকচরি । ঐনা হন্দক্তা তৌজরিবসি ইচম চম্না অতৌ মীয়াম্নসু ভত্তনা লীনবা ঐনসু মীওোন্দগী তাক্লগা ঐগী মওংদা শাগত্তুনা ইখোক্লবা অমসুং ঐনা ৱাই-শংদুনা লৈবা মতমদা খল্লু খল্লুবদা পুক্লিংদা ফাউরকখিবা ইনিন অমদগী ৱারেংওই করিওই অসুম থোৎচিন্না কয়াদো ফোংদোকহৌবনি । মসিনা রম্যরচনা ওইবা য়াক্লবা হায়বা ৱাহৈং অমা লাকপা য়াই । অদুবু মদুগী পাউখুমদি পাবিগদবা মীয়ামগী মকমদা শিন্নজগে । লাইরিক অসি ফোংবদা মরুওইবা থৌদাং লৌবিখিবা 'নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ'কী থৌবুবশিং অমসুং মেম্বারশিং পুম্নমকপু ঐনা ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা তৌবিমল খংবা উৎচরি ।

লাইরিক অসিবু নম্বা মতমদা কুপ্না শোইদনবা শেন্নবিখিবা 'দিবাকর ওফসেট প্রেস লালা'গী মপু ঐগী মরূপ জনাব মো: আব্দুল কালামবু অমসুং লোয়নবা থৌমীশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি ।

সুব্রাম

মার্চ ২/২০০৬ ইং

# পেবেত অমসুংঅতৈ ৱারেম খরা

(রম্য রচনা)

সুব্রাম

# পেবেত অমসুংঅতৈ ৱারেম খরা

ৱারেং | লামায়

১। ৱা লল্লোনবা — ১
২। পেবেত সনাতোম্বা — ৫
৩। ঐখোয় মশেল নুংশিনসি — ২৪
৪। অইবগী ব্রত — ৩১
৫। লান্ন-লম্বী — ৩৫
৬। হেপী বার্থ দে — ৩৯
৭। পা-খঙবা — ৪৫


---

# ৱা লল্লোনবা

সাইন্টিস্টশিংনা নুমিৎকী মৈশাসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকলি হায়রি । মরম অদুনা পৃথিবীগী অৱাং-মেরু, খা-মেরু অমদি অইংবা মফমশিংগী উনশিং নোংমা নোংমগী লেপ্তুনা শৌদোক্লুনা ইরম খোঙলমদা চেহ্নরকপনা সমদ্রু ইপাক্কী মরাক মযুং চাওথোকলকই অমসুং থৱাই পানবশিংগী লৈফম চীংতমশিংগী লমনা অসুম অসুম পিকশিল্লকই । মতাংসিদনি চীংদা লৈবা ইচিন-ইনাওশিংনা খরা পোংতক তারিবসি । হন্দক্কী সুনামীদুদা চীং অৱাংবদা চেনখৎনদুনা কাখৎনবা হোৎ নবদা অমগা অমগা য়েংনবা শংনখিদবদু মাংদা লাকলিবা খুদোংথিবশিংগী ৱার্ম-আপ হায়গদ্রা প্রেকটিস কৌগদ্রা অমদি শোইদনা ওইরে ।

শোইরে, ঐনা খল্লম্মীবসি শোইরে, পুমশোই শোইরে । সাইন্টিস্টশিংনা হায়রম্মীবসি নুমিৎকী মৈশা হেনগৎলি হায়বা নৎলমদ্রে । পৃথিবীগী শারগী চাং হেনগৎলি হায়বা ওইরমলে । সোরি, শোইখিবসি সোরি অসিনা শোইদৎখ্রসি ।

অখং-অহৈশিংনা হায়নৈ, তাইবংমীশিংনা অথিংবা লৈতনা উ-ৱা য়াম্লোকপনা পৃথিবীগী অসিগুম্বা দশা অসি নকশিল্লকপনি । অমনা হায়বা অমনা তান্নদ্রবা যুগসিদা কনানা কনাদা পাউতাক পিরুগনি । থৌ লৈতনা থৌ-খিবা চৈরমদা তাদুনা তোক্কনি ।

মচিন ৱারকপা ঙমদবা খরনা হায়,- পৃথিবীবু থৌরিবা ড্রাইভর কৃষ্ণসি হন্দক মরক মাখা শাবা হিদাক ককা শিজিন্নরুরব্রা নত্রগনা ৱারদুনা উইথরুব্রা খংদে লম্বী অফবাদগী ইখং খংদনা ঝুরুংলোমদা

সমদ্রুগী ঈশিংনা পৃথিবীগী অয়াম্বা শরুক লুপাশিল্লকপাসাদ হিন্দু ধর্মগী দশবতারগী 'কেশব ধৃত কুর্ম শরীর জয় জগদীশ হরে' কুর্ম অবতার অমা ওইরগা অমুক্কা খরগা ইনখৎহল্লগা অদুম য়াগনি থাজবা কাংবু অমনা মীতৈশিংনা গ্লাসতা ইরুপ্তুনা লৈখ্রিঙৈজিদা মহাদেবনা হুৎলম্মী হায়রিবা

চীংনুংহুংঅদু চীংঘীশিংনা মেনশিনখোকখ্রবদি ইরাক্কদুনা অসুম ঐখোয়শোইররোই । মতাং অদুদা মণিপুর মপান্দা লৈহৌবা ঐখোয়না মণিপুর, অশেংবা মণিপুরীনি হায়দুনা শাগে ঙাক্লনবা মরু ওইনগনি ।

সি.বি.আইনা ভাইহুড়াদগী মাংখ্রগা বোনছড়াদগী হুমদুনা পুথোক্লকপা কঙ্কালশিং য়েংবা চৎলুবদা বা লল্লোনবা ফাগৎলকপগী বারীদু তারগা বারেম খীবা ঐসু অকিবা ফাওরকই । সি. বি. আইনা ঐবুসু বা লল্লোল্লি হায়দুনা ফাবিরবদি করম তৌগনি ?

বাখলদা শাগৎলুখি ।

'অদোম কদাইগীনো ?'

' ঐ লালা বাজারদগীনি ।'

' করি কারবার তৌই ?'

' বা ।'

' কনাদগী তম্মী ? তোংব্রা ?'

' মানি, তোংব্রাদগী তম্মী । মীতৈগীদি ওঝা তোংব্রানা বা লল্লোন্বা হৌদোকপনি ।'

' মহাক কদায়দা লৈ ?'

' লৈখিদ্রে । শিখ্রে ।'

' নংনা হাৎখিব্রা ?'

' নত্তে , অহল ওইরক্লুনা শিখিবনি । ঙভোংখাও ইবদগী ।'

' থাজদে, বা লল্লোনবা অমনা বা লল্লোন্বা অতোপ্পবু লৈহন্নিংদে । হাৎতোক্লিংঙি । মসি কম্পিতেটিব মার্কেটকী হৌনবীনি । ঐখোয়না বা লল্লোনবা পুম্নমকপু ফাগৎলি । নহাকপুসু ফাবদা তারে ।'

' করিগী ? ঐগী বাশিংদা অকায়বা অমত্তা য়াওখিদা মালে ।'

' অদু ওইরবদি নংগী [illegible] কয়া লৈ ?'

ঐগীদি অমত্তনি । অমখকাসিগী বা পুম্নমকাসিফাওবা লোইনা শিজিন্নবা ঙমজদে । মখল মখলগী বানি মসিদা লৈরিবা ।'

' নখোয় হায়দা অতৈ বা লল্লোন্বা কনা কনাদি লৈ ? মখোয়গসু ফংহ্নগে । মমিং হায়য়ু ।'

ৱা লল্লোনদববু কনানোনে মালেমসিদা । ঐবু হায়জৌ হায়রবদি শিলচরদগী পুখোকলিবা পেপার পুম্নমক অমসুং মখোয়গী মশা মরেং থৌমীশিং অদুগা বরাক তম্পাকসিদা লৈরিবা কবিশিং লোইনমক ৱা লল্লোনবা ঙাক্তনি ।'

' ৱা লল্লোনবসিবু শেল্লেপ য়াওদ্রবসু অসুম য়াব্রা ?'

' শেল্লেপকী করিমুক মখৌ তারুনি । হৈত্রগনা লুপ্পা, হৈজরগনা লুপাগী লুপা ঙাক্তা । মসিদা তোংজবা উবসিদা কনাগী উকীল, মোক্তার পুম্নমক ঙাওবা জাৎনি । '

' ইবুঙো নঙ নশাগী নখোংনা নমঙ থীবা থোকলে । ঙসাইদগী ঙাংলিবদো ঐনা রেকোর্ডিং লোইনা তৌশিন্দুনা থম্লবনি । নঙ চৎখিবা য়াররোই । ঐগা সি.বি.আই কেম্পটা চৎপা তারে ।'

' য়ারে, ঐসু সি.বি.আই.কেম্পতগী ৱা লৌগে খল্লিবনি। চংবা পিদবদুদা ভাইছড়া য়ৌরুগে । সি.বি.আইগা থেংনগে খল্লম্নীবনি ।'

' নঙনা ঙসাইদগী ঙাংলিবা ৱাঙাং শাঙাংশিংসি তাবদা ঐনা খল্লি নঙসে মন্ত্রীগী মী ওইরম্মনি । নত্রগা ৱা লল্লোনদুনা লুপা য়াম্না পায়ববা মন্ত্রী, অচৌ-অশাং ফাওবা লৈবা ঙম্নবা মীওই ওইরম্মগনি হাইনা ।'

' নত্তেদা , ঐ অদুক ইপাঙ্গল ইরৌশিং লৈজবা মীওই নৎচদে । সুপ্নগী অচম্বা, অচুম্বা পাম্বা মীচম অমনি । অচুম্বা ৱা খরা খবা চিংথোক্তুনা পরেং লেংলগা নুঙাইজবা মীওইনি ।'

' অদু ওইববদি নঙনা ঙসাইদগী ঙাংলকলিবা ৱাময়ামসি অবেম্বা ঙক্তা ওইরব্রা ? নঙনা হাযবা ঙভোং খাওদা হাৎপনি । বরাক তম্পাক্কী খবর চে পুম্নমক্কী মশা মবেং পুম্নমক, কবিশিং অমদি উকীল, মোক্তাবশিং পুম্নমক ইচেনতা চেন্নে হায়খিবদু অবেম্ববা ?'

'ঐন্না ইকোন কোনবদা হায়জবা সি.বি.আই কেম্পতা চঙবা ঙম্নবা,অমপি অচুম্বা ৱা লৌবা ঙম্নবা । ঙঝা তোংব্রা তশেংনা ৱা লল্লোনবনি। মানা ইবা ঙভোং খাও অরেম্বা ৱানা থম্লবা ৱারেংনি । মসিগী ৱারেমসিনা মহাক লুপা য়াম্না, মনা য়াম্না ফংখি। মথংদা শিলচরদগী ফোংবা খবরশিং লোইনমক অচুম্বা,অপৈবা ৱাতনা লৈতেংবা পাউজেলচেশিংনি ।

মসি লাখ্বা লাখা নমদুনা লুপা তাল্লি । ৱরাক তম্পাকসিদা থোকলিবা কবিশিং মখোয়গী ৱাকোন মকোকতগী ফজ-ফজবা ৱা খল্লগা লেংদুনা লেংদ্রবা লন মীংচৎ তাল্লি । উকীল, মোক্তারশিংনা মখোয়গী ৱাখলদগী থোক্লকপা ৱাহৈনা কোর্ট কাছাড়ীদা অৱাবা তারবা আসামীবু কললি অদুগা লুপা তাল্লি । মসি হায়বদা ঐগী ঙক কনবা, শেল পায়বগী মওং য়াম্না মানহনৱসি অতৈ করিনসু নত্তে । শুপ্নগী ঐগী ৱাকোনসি মপুং ফাবদুনা ওইবা তারে ।

--------------------

# পেবেত সনাতোম্বা

## ১

মমাংঙৈদা খুন অমগী লৈকাই অনিগী তাইনবীদা সারা অমা লৈরম্মী। সারা অদুগী মনা অপুংবা শেউরা পাম্বী অমদা পেবেত মতৈ-মনাও য়ুম পান্দুনা লৈরম্মী। সারা অদুদা মীনা থাদোক্লম্বদগী হৌদোং অমসু লমহৌদোং তোকপা ওন্দুনা লৈরম্মী। তোকপা অসিনা কেবনা ঙৌরোক ঙৌবা মানা ফজনমুক নুরা-চাকা নল্লগা ফৈজোম পুমযাৎ অমা শেৎলদুনা লৈরাইদগী মৃত্তিকা ফজনা নল্লগা লাইথরোই চুপখোকখাকশিংনা পরেং অমা লেংলগা শিজন্দুনা, মনাদনা জবাকুসুম ঙাংখ্রবা অমা চিল্লগা ৱাউ ৱাউ হায়দুনা খোংলদুনা কোইদুনা কোইচৎ চৎলি।

মহৌশাগী খোংচৎ মতুংইন্না পেবেত অমোমদু মশা য়াম্না লুমথরক্লে। মানা ৱাংনা পাইবা ৱারদুনা নুপা পেবেততা হাযজে -'হায়! নুপা নঙবু তাবরা? য়ুমসি খরা নেমনা অমা শাওও। ঐগী ইশাসি লুম্বনা ৱাংনা কাথোক-কাশিন পাইথোক-পাইশিন য়াম্না ৱাইনে।'

ৱাসি তাবদা পেবেত লাবনা শাওরকই- 'করি ৱানোদা অত্তো! নঙনা হাযরিবসিবু? খবা ৱারবসু ৱানা হোৎনৌ। অসোমদা তোকপা ল্যাবমা কাতু-কাবনকোইচৎ চৎলগা ঐখোযদা মীতানা মমিৎ কোইরুপ কোইরুপ্না য়েংলিবসি নঙসু উবিবা নত্রা? কবিসু লৈতবদা মাগী মখুত্তা নঙসু ঐসু থৱাই মাংদুনা তোক্কনি।'

'অদু অদা খংদে, ঐদি নঙগী দুইতালা কাবসি ঙমজরবোই, মথাগী তালাদা অসুম লৈজগে।'

নুপীগী চক্রিন্দা থোকঅবা অমা লাক্কনি হাযবদুনা পেবেত লাবনা [illegible] । অমোমনু [illegible] । নোংদবগী [illegible]
মতুং ইন্না পেবেত অমোমনা মরুম মরিখক মথং মথং কোকলে। খ্বাংচেং কন্না লাক্লগা মরুম মরিদু কোন্দুন্না মৈনিং কুন্দুনা লৈখ্রে। পেবেত লাবনা

কোইফ্রেন চেন্দুনা চাকপু খোংবনে ঈশিংবু লুম্বনে কোইনং শংনবা হোৎনবদা মপুম থিংলে ।

পেবেতকী ময়ুমদা হংবা খোংপা ময়াম তিন্নবদুদা পেবেত লাবদু তোকপাদুনা নাশোন ফংখ্রগনি হায়দুনা ইপা পাখৎলে । মতম য়ৌরদুনা মরুম মরিদু পোখাইদুনা মচা ওল্লে । চিক-চিক খোংঙদুনা মচিঞ্জাক্কীদমক মমাগী মফমদা চক্রি তৌবা হৌরকলে । মমানা ঙাংঙি,- 'নোইসে পুক্তা লৈরিঙৈদনা বারবসু য়ানা ইকোম কোমম্মী । পোকপু পোক্লবদি শেৎকেগা চাগেগা গে-গা গে-গা । মপী-মচানা ঙাংনবগী ঙংনবদা তোকপদু শহুম খরা খরা ফংলবরা তুরিৎ তুরিৎ কাতু-কারন চৎপা হৌররে ।

পেবেতনা মচাশিংগী মমিংশিং ওম্থোক্লা নুংশিনা সনাহল, সনায়াইমা, সনামতুম অমসুং সনাতোম্বা হায়না খোল্লি । নুমিৎ খুদিং মপানা পুখোক পুখোক্তুনা মচাশিংবু মচিঞ্জাক ইনবি ।

অসোমদা তোকপাদুনা, অসিদা লৈরিবা পেবেত মতৈ-মনাওসি মচা পোক্লমালে , খোংবা তাই, মসি চাদবা য়াদে। অদুবু চুম্লদি চানিংদে মখোযগী মবাল অমা শিরগা চাননবা লৌশিং তৌবগে হায়দুনা মাগী য়ুনিফোর্ম য়াম্না জেন্টল ওইবা ফৈজোম-পুময়াৎ , লাইথরোইগী পরেং, লৈবাইগী মৃত্তিকা, জবাকুসুম অঙাংবনচিংবা শেৎ-চারদুনা মচুম তানা কেবগা পেবেতকী মকোল মনাক্তা লাক্লম্মী । মদু উবদা পেবেত লাবনা,- 'তু - তু আদা লাকপু লাকলে, নখোয় লোৎখ্রো' হায়দুনা মচাশিংদু লোৎহনখ্রে । অদুগা- কবিবু হায়ববা, ইচাশিং চাউদ্রিঙৈসিদদি পাৎলিবনিনা হয়িংদা ফাউবা মর্যাদা তৌ হায়নৈ । খরা নৌথদবা য়াদে হায়দুনা লুকথদুনা লৈখ্রে ।

তোকপনা- ' ঙারা ঙারাউ, ঙাবা ঙাবাউ ! হায়, পেবেত ।' হায়দুনা কৌরক্লে ।

পেবেতনা মখুৎ লোন্নবদুনা ওম্থোক্লা নোনা য়ুন্নকহ - ' অয়ো-অয়ো-য়ো-য়ো ইবুঙো ! করি তাক্পিগদবা ?'

' য়েংঙু হায় ; ঐগী ইশাকসে কয়ামুক য়াম্না ফজবগে হা ?'

' অযো অ-যো-য়ো য়ো ইবুঙো ! ইবুঙোগী শকসিনা ফজবদি

করিগমুক পান্দমননি । বারক্কী তয়াল অঙাংবা, ফৌ চরোং অচুম্বা, ঈশিং পুন অখম্বামুক ফজেনে ইবুঙো ।'

' অং অং, ঐগী শকসে ফজবোইরে । ফৈদা ফৈদা, ' ঙসিদি হৃক্কিল্লে ।' হরাও হরাওনা তোকপদো ময়ুমদা হনখি ।

তোকপদো হনখিবগা পেবেত মচা ময়ামদো মপাদা য়া-য়া লাউনা ইয়োম য়োমশিল্লি । পেবেত মপীনা ঙাংঙি-' চরোহে,করম্বা অঙাংশিংনোনে ? মপাদা খোংককলাই চুবা ঙাক্তা, মীগী মমাংদা ইকাইবা খংদ্রবনে নখোইবু ? '

পেবেত মপানা খুল্লকই-' ইচা পম্ববু করিসু ইকাইবিদে । নমিৎতু উদ্রা ? য়েংঙু, তাইবংমীনা তৌরিবা ময়াম, মাংদা নুপানা অঙাং পম্মদুনা চৎলগা তুংদনা নুপীনা মেমসাহেবকুম লেন্নদুনা চৎনরিবসে । নঙসু অসুম্না মেমসাহেব শাদুনা চৎনিংদ্রা ?

' মাই মাই ঐ চৎচরোই কোইবা লংবকা শংজদে । ইমুংগী কুপনোম ময়ামসে ঐনা কোয-লংদুনা লৈরবদি কনানা হোৎনবিগনি ? নঙতবু নচা লক্কদুনা লৈবা শংঙি । কান্নদে কান্নদে, বাবেম ঙাংনদুনা লৈগদৌবগী শরুক নচাশিংদো থুনা পাইবা হৈনবদুম কন্না তম্বীয়ু । লাকলম্মীবদো উহৌরেদনা ।'

' চুম্মীনে, চুম্মীনে ' হাযবদুনা মচাশিংবু কৌখোকলকই- ' হায, সনাহল, সনায়াইমা, সনামতুম, সনাতোম্বা । নখোয পুম্নমক থোবকউ লাকউ, ইপা নখোয়বু পাইবা তম্বীগেসে । ইপানা ইচাশা ফ্রং হায়দুনা হেক লাউরকপদা নখোয় ইপাগা লোয়নদুনা হেক্তা ফ্রং লাউনা পাইযুকো, নত্রা । ইপা লাউরগেসে, রেডি, বান, টু, থ্রী, ইচাশা ফ্রং ।'

পেবেত মচা ময়াম মপাগা লোয়নননা ফ্রং পাইখৎলি । অদুবু সনাতোম্বাদি ইতোন তোম্বনিনা মতুগা মসাগা মসানা চাউবদুদা পাইখৎপা [illegible]রম্মগা পুপ লাউনা [illegible]ক্তা লৈবাক্তা তারকই । ময়াম য়োমশিন্দুনা মাবু লাইকন্নদুনা হোৎনরে ।

নোংঙাল্লে । ঙসিদি তোকপদো ঙন্তানদুম লাক্লগা পেবেতপু কৌরকই ।

' হায় পেবেত ।'

পেবেত লাবা য়ৌশিল্লকপনা হাল্লরগনি খন্দুনা মচাশিংদো লোৎলুচো হায়দুনা কাংখদা ইনশিল্লম্মগা চেহ্নোরকই ।

' অয়ো অয়ো -য়ো-য়ো ইবুঙো ! করি তাকপিগদবা ?'

' শেংনা হায়য়ু ইবো, ঐগী ইশাকসে কয়ামুক য়াম্না ফজবগে ? '

' অয়ো অয়ো-য়ো-য়ো ইবুঙো ! ইবুঙোগী শকসিনা ফজবদি করিগমুক পান্দমগনি । ঙা পরেং অচুম্বা, ফৌ শংবাই অথবা, ৱারকী তয়ান অঙাংবা, অয়ুক্কী নুমিৎনা নোংপোক্তা তরং তরং থোক্লকপমুক ফজে । '

' আহ ! অদুম্না ফজবোইনা ।' অসি হায়রম্মগা হৱাওদুনা তোকপদু চুমদ্রিংনা হনখ্রে ।'

ঙসিদি পেবেত লাবনা ঙস্তানা মচাশিংবু কৌথোক্লুনা পাইবা তম্বীবা হৌরে । অমমমতা তোঙান্না চাংয়েংবদা লোইনমক পাইবা ঙমলে ।

' নখোয় পুম্নমক হয়েং লোইনা পাইবা ঙম্মগদ্রা ?'

' ঙম্মনি, ঙম্মনি ।' ময়াম্না খুন্মী ।

' ফরে, ফরে । ঙসিদি পোথারসি ।' মখোয় চা-থক্লুনা পোথাখ্রে ।

নোংঙাল্লে । ঙসিদি পেবেত তুম্বা হৌবদগী শেমশাদুনা লৈরে । ঙরাংগী মতমদুদা তোকপাদু মাগী লৈজবী কেরদুনা পেবেতকী মনাক্তা লাক্লে । খংপ্রেক খংনা পেবেতপু কৌরকই-' হায় পেবেত ।'

পেবেতনা ইখং খংশিন্নদুনা খংলাউ লাউরকই -' হায় ক্নানো ? চংলক্কে খোৎলক্কে অমত্তা ৱাহং পাউহংদনা হেক মচংঙকপসিবু ।'

তোকপদু ইঙক ঙকই । শাউরদুনা হায়রকই,-'ঐবু হৌদোংগুম্না য়ুম খুদিংগী 'মৈ আওউ মৈ আওউ' হায়দুনা হংঙগা চৎপদু মাল্লুরবরা ? '

পেবেতনা - 'ওহ ! ইবুঙো তোকপা ওইরবোরে । ঐদি কনা কনা ওইরবোহ, খোংউপ থনম্মগা খোংউপ থনম্মগা । ঐখোয়দি গৌরিযা য়াম্না [illegible] অদুনা অমাং-অশেং নাইনা চৎখ্রবাপোৎনি ।'

' ঐ নঙগীদা চংলরোইগে । ৱা অশেংবা অমত্তংদি খংনবা হংবগে ? নত্তে ঐগী ইশাকসিবু কয়ামুক ফজবগে ?

পেবেতনা ইমুংলোমদা হাইফেত্তং য়েংঙি । মচাশিং লোইনা পাইবগী শেম-শাবদু উই । তোকপারোমদা ওহ্নোরক্লগা হায়রকই,-

‘ইবুঙোগী শকসিদি শক্তাখি । লৈরংদা কুল্লুবা হৌদোংগী হৌদোং তোকপাগী তোকপানি । করিমুক ফজরুনি ।’

পেবেতকী অসিগুম্বা ৱাহৈসি তারগা তোকপাদু মৈ হৌনা শাওখ্রদুনা ‘লৈরম্মু ঙসিদি ’ হায়দুনা পেবেতপু ফাগদৌবগীদমক চেনশিল্লক্রে ।

পেবেতনা,- ‘রেডি, ৱান, টু, থ্রি ; ইচাশা ফ্রং ’ হায়দুনা লাউবদা ময়াম ফ্রং লাউনা পাইখৎখ্রে । অদুবু কিমনবদগী থুক্কৎতুনা পেবেতকী মচা অতোম্বা সনাতোম্বাদু খরা পাইখৎলুরগা পুপ লাউনা লৈবাক্তা তারক্রে । তোকপানা চেনশিন্দুনা মাবু তাপ লাউনা ফাখ্রে ।

‘ তস্ ! ফারেদনা । ঙসিগী চরাদি নোংখৎনরগনি । ওম্বোক্লা হাউরনিদা সত্য ।’

পেবেত অমোমনা মচা সনাতোম্বাবু ফাহৌবদুদা কপ্পগা লাউবগা ফ্রং ফ্রং চোংঙদুনা মশম ফোইদুনা খাংঙি । পেবেত লাবনা মনাক্তা চংশিল্লগা থেম্মী ।

‘ ইবেমা কপকনু। কপলাউদুনা চোং ফল্লগা নচাসে তোকপানা থাদোকপিরক্কদবা নত্তে । ঐনা লৌশিং তৌদুনা নচাবু থাদোকহন্নবা হোৎনগনি । কপকনু , নঙনা কপ্পা তারগা নচাসে মপুক্লিং শিকখিনি । হৌজিক ঐ লৌশিং অমা তৌগে য়েংঙুসে ।’

অসুম্না পাউমেন্নরম্লগা তোকপাগী মনাক নক্লা হৌবা উপাল অমদা তোংলগা হায়রুই-‘ তোকপা মহাশয় ! ঐগী ইচাদুগী মরাইবক্তা মহাশয়গী খয়াত্তা তাউ হায়বা তমখ্রমালে । ফৈ, করমদি তৌগনি ? মহাশয়গী খুত্তা থৱায় লানবা ইচাগী মরাইবক্তুম ফবনি । অদুনা মহাশয়না হাবদা খরা মওং তানা হাউনবা মরমদু ঐ হায়জগে । খংদে মদু মহাশয়না লৌবিগদ্রা অদুদি । ঐবু হায়জৌ হায়রবদি ঐগী ইচাদো ঙসিদা হাবিরুরনু । মশাদো মতম কুইনা ইরুজদবগী অমোৎ-অকায় য়াম্না পকপনি । হয়েং নোংহেক ঙানবগা [illegible] তৌবিরো অদুদগী ঈশিং অশাবনা নুরা-চাকা শেংনা নম্বোকপিরগা হঙ্গাম থাউ অশেংবনা নিংথিনা তৈবিরগা নুমিৎনা তরং তরং থোক্ককপগী মৈশাদুদা খুবাক্তা ফমহল্লগা তে-তেতুই, তে-তেতুই হায়দুনা লংখৎ লংখৎতুনা শান্নবিয়ু । অদুম্না তৌরবদি ঈ খেগৎলক্কুনা

চাবদা ওয়্যোক্লা হাউগনি ।'

তোকপানা, -' অদুম্না তৌবনা চুমগদ্রা ?' হায়রদুনা পেবেত মচাবু ময়ুমদা পুখিদুনা লোংখুপনা উপ্তুনা থমখ্রে । নোংঙালবগা তোকপানা ঈশিং লুম্বদুনা সুথা খরা লৈরুরগা পেবেত মচা সনাতোম্বাবু নুরা-চাকা শেংনা নম্বোকপিরে অদুগা ফি অমোনবা অমনা মশামউ কংনা তৈখোকপিরে । ইমুংন্দগী হঙ্গাম থাউদু লিক্লি অমা লৌথোক্লুদুনা শিং শিং নান্দুনা তৈশিনবিরে অদুগা সুমাং মতোনগী নুংশাদা পুথোক্লুনা খুবাক্তা ফমহল্লগা তে-তেতুই তে-তেতুই হায়দুনা হুনগৎ হুনগৎতুনা শান্নরে । মতৌদু পেবেত লাবনা লাক্লুনা য়েংলে । মচিন্দা -'হো-হো অদুনিদনা অদুনিদনা' হায়দুনা লেপ্তুনা ঙাংঙি । তাঙ্গাসিদা পেবেত সনাতোম্বাদু মপাবু উবদগী মশাদো খিংবা হেনগৎলকলে । মতু ফদৎ-ফদৎ কনবা হৌরক্লে । পেবেতনা তাঙ্গাসি য়ারনি খংলদুনা 'রেডি, বান, টু, থ্রি, সনাতোম্বা ফ্রং' হায়দুনা লাউবগা তোকপানা লংখৎপগা চপ চান্নদুনা সনাতোম্বাদু তোকপাগী মখুত্তা মখি ফ্রোৎ লাউনা ফায়জিল্লম্মগা মপাগী মতুং ইন্দুনা পাইখ্রে । খুবাক্কী মখিদু তোকপানা মরৈনা শর লাউনা লেকপদা ওয়্যোক্লা হাউরমখ্রে । মচিন থোক্লা ঙাংলকই, -' মখি চাবনা অসুক হাউরবদি মশা চারবদি কমদৌনি ? মশাদুম শোইদনা চানবা হোৎনগে হাযবসিনা তোকপগী বাশক ওইখি ।

## অনী

তোকপানা তান্নবা নুমিৎতা পেবেত মচা সনাহল,সনায়াইমা, সনামতুম মফম মরাং খংদনা কদাই যৌনবু পাইখ্রবা মফম খংদে । সনাতোম্বাবু তোকপাগী মখুত্তগী কল্লক্লগা পেবেত অমোমনা নুপাদা মাগী মপামদা থরনি লৈরুখিসি । মফমসি তোকপগী মীওৎ মীনৈদা খাংবা বাদৌরি । নোংমদি শোইদনা ঐখোয় লোইনমক মাগী মখুত্তা থবায় মাংবা য়াই হায়জে ।

পেবেতনা -'ঐ নুপী মপামদা লৈবা পামদে । মদুগীসু মথক্তা হচাশিংদুনা কারগুম্বা মফমসিদা হল্লকপা থোক্রবাদ য়ুমসিদা ঐখোয় লেবা উদবদা মখোয় ইঙাও ঙাওরনি । ঐ মখোয়বু ঙাইবা ওইনা য়ুমসি শংদুনা অসুম লৈহৌগে । নমা-নচা নখোয়নি লৈগে হায়রসু লৈরুচো ।' বাক্কমসিদা য়ান্নরদুনা পেবেত সনাতোম্বা মমাগা লোয়ননা চৎমিন্নখরে ।

চৎলমদাইদা সনাতোম্বানা মপাদা হায়রম্মী,- 'পাপা ! নঙসু ঐখোয়গা লোয়নদুনা চৎসি । নতোমতা লৈবা নুঙাইহররোই ।'

'পাপাগী ইবুঙো সনাতোম্বা, পাপা য়ুমদা লৈহৌগে, নয়াম্বাশিংদো ঙাইহৌগে । করিগুম্বা ইপানা শিখিবা তারবসু নঙ লৈহৌরি । নঙনা ইপাগী শাগৈ ঙাক্লগদৌরিবনি । চৎলু । পুন্সিয়ু ইচাসিদি ।' অসুম্না মপা-মচা কায়নরে ।

অসোমদা তোকপানা পেবেতকী মথি চাহৌবদা হাওখিবদু কাউবা ঙমদদুনা পেবেতকী থোঙ্গালদা লাক্লগা কৌরখি -' হায় পেবেত ! নঙবু লৈব্রা ?'

' ঐ লৈজে । তোকপা মহাশয় !'

' নঙবু ঙসিসি মফম কদায়দা লেক্কদৌরিবগে ?'

' করি মরমগীনো ? অসুক নুঙাইখ্রবা ইয়ুমগী ফমুংদা লেক্তদুনা কদায়দবু লেকই হায়বগে ?'

'ফরে, ফরে । ঐনা অসুম হংবনিদা ?' হায়রগা তোকপাদু হনখরে ।

তোকপাগী মতৌসিদা ফমুংদা হিপকনিসু হায়দোকখরে হায়দুনা পেবেততু চাকঙন চারগা ফমুংদা হিপলরোইগে, কাঙ্খদা ওইনা হিপলগে হায়রদুনা কাঙ্খা কাচিন্দা কান্ঠানা য়োমশিল্লগা হিপলে ।

তোকপানা তন্দন ময়াম অমা ফারগা লশিংনা য়োমদুনা টর্চলাইট অমা শারগা মদু পায়রদুনা নুমিদাং মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা মতমদা পেবেতকী ময়ুম য়ৌনবা লাক্লে । অমম্বদুদা তন্দনগী টর্চলাইট অদু কাপ্লা কাপ্লদুনা ফমুংগী কাঙ্খল হায়গৎতুনা পেবেতপু থিরকই । পেবেতনা হান্ননা চেকশিঞ্জবদগী তোকপাদু নিংবা কায়দুনা নুমিৎতু ময়ুমদা হনখ্রে ।

মথংগী নুমিৎনি । তোকপদু ঙন্তা লাক্তুনা পেবেতপু কৌরকই - ' হায় পেবেত !'

~~পেবেততু অয়ুক্কী হৌনবী চা-নুং থক্লগা অহিং তুম্বা মওং~~ চাখিদবগী নুংশা য়াইদ্রদুনা উইরম্মী । খংপ্রেক খংনা খুম্মী ।

' আ কনানো ? ওহঃ, তোকপা মহাশয় ওইরে । করি থবক্কী ওইরবনো ?'

'নঙদি ঙরাং ফমুংদা হিপকনি হায়রগা করিগী হিপলমদে ?'

পেবেতনা ইশি শিনা নোকশিন্নরগা হায়-' ঐ ঙরাং ফমুংদা ওয়োক্লা নুঙাইলা তুমখ্রে। অদোম লাক্লমী হায়বা খংবা ফাউবা খংহৌদ্রে।'

'অদো য়াম্না ফরে। ঙসিদি নহাকপু কদায়দা হিপকদগে ?'

'কদায়দবু হিপ্লি হায়বগে ? ইমুংগী কাঙ্খদা ঙসিদি শোইদনা হিপকে। অদোম করিগুম্বা লাক্লবসু ঐবু হৌদোকপিরকউ।'

'ফরে, ফরে। ঐ অদুতা খংগে হায়দুনা লাকপনি ?'

তোকপাগী মতাসিদা পেবেততু পুক্লিংদা অকিবা ফাওরে। তৌঙম্বা তোকপানি। হায়না সরকারদা মাগী সিকিউরিটি নিহৌদবা য়াদে হায়দুনা থানাদা চৎলগা দারোগা খুনুখ্রঙদা মাগী সিকিউরিটি পিবিয়ু হায়দুনা দরখাস্থ অমা থারে। অদু পারগা দারোগা খুনুখ্রঙনা ইশি-শিনা নোক্লগা হায়রকই,- 'নঙগীবু সিকিউরিটি, যৌদোকতা থোকসনু। ঐখোয় লৈরিদনা ' হায়দুনা থেমদুনা থারক্লে। পেবেততু মাবু থৌ-ৱা শাবিদবদুদা ৱারৌ ৱারৌনা ময়ুমদা হল্লকখি।

নুমিদাং ওইরে। পেবেততু চাক ঙম্না চাদুনা মফম কদায়দা তুমসিগে খল্লি। খৱামখৈ খল্লগা শগাইদা কাখৎতুনা হিপখ্রে। অহিং মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা তাঙ্গাদা তোকপাদু মাগী তম্দননা শাবা টর্চ লাইটতু কাপ্প-কাপ্পদুনা চৎলকই। অহাৱদা ফমুংদা থিখ্রে। ফমুংদা লৈরমদ্রবদুদা কাঙ্খা অমম্বদুদা টর্চতু কাপ্তুনা থিখ্রে। কাচিন-কোয়া পুম্নমক কুপ্না থিরগা শাওবনা তকশি শোম্দুনা মমাংদা থেংনবা ফানককা খরা কাওখায়রম্মগা হনখি।

নোংঙাল্লে। পেবেতনা অয়ুক্কী ইরু মাইথজরগা চা-নুং থকলিঙৈদা তোকপাদু ঙস্তানা লাক্তুনা কৌরকই,- 'হায় পেবেত !'

খোম্দাদু য়াম্না খোয়দৌ চাকপা মাল্লি।

[illegible] তাকপিগদবা ?'

'অসিনি, নঙ ঙরাংসু কাঙ্খদা হিপকনি হায়রগা হিপ্পমদ্রে। করিগীনো ঐঙোম্দা ওইদ্রবা ঙাংলিববু ?'

' এ অদুগী ওইরে । ঐদি ওইদবা ৱা ঙাংখিদেনা । কাঙ্খদা ওহোক্লা নুঙাইনা তুম্মীনা ।'

অসুম্না নোংমনা সঙ্গোলদা, হায়রগা চরুশঙদা, চরুশঙদা হায়রগা উখোকতেন্দা, উখোকতেন্দা হায়রগা কোংনুংদা । অসুম্না অমদা হায়রগা অমদা লৈবনা নোংমতসু ফংনদ্রে । অসুম তৌদুনা পেবেতকী লোৎফম লৈরক্রে । হঞ্জিন্না অমুক্কা হাযবা তারকই । তোকপানসু পেবেতসে অমদা হাযরগা অমদা লেকলে হাযবসি ভাব ফজনা তারে ।

তোকপানা হংঙি,- ' হায পেবেত ।'

' করি হাযগে তোকপা মহাশয ।'

' নঙ মতোইনবা ?' তোকপাগী শাউবা খম থেংলে । ' নঙবু ঙসিদি মফম কদাযদা হিপকনি শেংনা হাযযু ।'

' ঐদি ঙসি ফমুংদা হিপকনি ।'

' ফবে, ফবে । অদুদি ঐ হল্লগেকো ।' হায়বম্মগা তোকপাদু তপি তপি হনখি ।

অসোমদা পেবেত অমোমনা মচানুপা সনাতোম্বাদা হায,-' ইবুঙো । নপাদুবু কবি তৌবা যাওবা অমুক্তা চত্নুনা যেংঙুগেবা ? ঙসি তুম্বা হেক হৌগৎপদগী যেৎকী পাম্বোমসি চোংখিবনা । মঙদসু অশি-অনা যাম্না উবম্মী । কবিবু থোক্কবা ?'

' কবিসু তৌবোইদা ঈমা । মকু মঙ ওইবিনি । মঙদু ইন্দোমচাদদি তাহল্লুনু । তীবগী নম্বব শাখিনি । ঐ চৎত্রবসু মোবাইলদা হেক হংখ্রগা লোইবে ।' অসি হাযদুনা মোবাইলদা মপাগী নম্ববদু নমখি ।

' হেলো । বাবা নত্রাও ?ঐ সনাতোম্বানি । বাবা কবি তৌবিবগে ? মাম্মানা পাম্বোম চোঙঙি হাযদুনা হাযবদগী পাও লৌবা । তোকপা হনুবাদুদি লেপ্তনা লাকলিব্রা ? লাকলি হায়বা । মদুতা খিৎতা শিগ্রবদি লাইমা নুঙাইনিদা । মখোযসি লৈবদগী ঐখোযদা কযা ৱাববা ? বাবা; মবক মবক্তা ই-পাউ পিরকউ । থম্মগে ।'

সনাতোম্বানা মমাদা ৱাবী পুন্নমক তৌবে । মমাসু নে-না তাবদুনা চাবা-থকপা তৌদুনা নোংমগী থৌদাংদু পুক্লিং লুপখ্রে ।

নুমিদাং ওইরে । পেবেততু চাবা থকপা লোইরগা ঙসাই ফমুংদা হিপকনি হায়দোকখ্রেকো খন্দুনা কাঞ্জদা চংশিন্দুনা হিপলে । মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা মতমদা তোকপাদু মাগী অটোমেটিক তন্দনগী টর্চলাইট অদু কাপ্পদুনা পেবেতকী য়ুমদা চংলক্লে । অহান্বদা ফমুংগী কাঞ্জল হায়গৎতুনা থিরে । মদুদা ফংদ্রবদুদা কাঞ্জদা টর্চতু হেক কাপশিল্লকই । পেবেততু চেনবা নংখিদ্রে । কিৎ নমদুনা ফারে । মদুদা মানা লাউখিবা 'শে-শে , শিরে শিরে' হায়বদু লৈকাই শরা শন্না তারবসু কনামতা মাগীনি হায়দুনা চেনশিনবিরক্তে । অহিংদা ডাকাতি লাক্লে কনবিয়ু হায়না লাউবদা চেনশিল্লুরবদি অরেম্বদা থৱায় মাংনবনি হায়দুনা খোঙ কন্নদুম লোন্দুনা মখোয়'দোমদা হায়জিল্লক্তনবা তুমিন্না লৈনখি ।

' তস্ !' তোকপাগী হরাওবা খম থেংখ্রে ।ময়ুমদা চংদুনা পেবেত চাবদা থক্কে খন্দুনা লৈদুনা থম্বা হুইস্কি বোটলদু লৌথোক্তুনা পুরক্লগা লৈরাই মপান্দা ফম্মদুনা পেবেতপু উমশাই উমশাই চারগা থকই । মরু মরাংদু লোইনা অঙম্বা লৈরাইদা লংথখি । অদুগা মথক্তা লৈপাক খরা লংথরম্লগা মী অফবা শাদুনা ময়ুমদা তুমদুনা লৈখি ।

নোংঙাল্লে । নুমিৎতুগী খবর চেদা - ঙরাং অহিংদা শকখংদবা কাংবু খরনা পেবেতপু ফাদুনা পুখ্রে । করম্বা গ্রুপকী কাংবুনা করি মরালগী মাবু ফাখিবনো হৌজিক ফাউবা শেংদোকরকত্রি । থানাগী ফম্নাইবাশিংসু হৌজিক ফাউবা কুম্মথরকত্রি । পেবেতকী মরিমতানসু থানা খংহল্লুবা লৈত্রি ।

পাউ অসি পারগা পেবেত সনাতোম্বানা থানাদা চত্তুনা মপা ফাখিবগী এজাহার অমা তোকপাবু চিংনৈ হায়দুনা পিখৎলুই ।

থানাগী অচৌবা কুমথরক্লে । লৈকায়গী মী পুম্নমকপু কৌখৎতুনা হংনবদা অহিংদা পেবেতনা ঐ শিরে হায়দুনা লাউবদি তাই । অদুবু দিন-কাল ফত্তবনা কনাসু মফমদা চেনশিল্লুদ্রে । ঐখোয়দি লাম্মীগী কাংবুনা ফারক্লা নত্রগা মনুংগী মীনা হুখিবরা অশেংবা হায়জবা ঙমজদ্রে অসুম্না খুম্নখি ।

মীয়ামগী সাক্ষী তারগা দারোগানা তোকপাবু মতিকচাবা প্রমাণ লৈতবনা ফাবা ঙমদ্রে ।

ঙাইহাক মতুংদা তুবেল খোংনুংদা পেবেতকী মতু, মরু-মরাং কঙ্কাল তাদুনা লৈরে তাবদগী ময়াম চত্তুনা য়েংনরে । দারোগানা পেবেত মচা সনাতোম্বাদা অসি নপাগী শরু, মতুরা খঙবা ঙম্রা হায়দুনা য়েংহল্লি । মপাগী মখোং য়েংলগা সনাতোম্বানা খুজিলদু মপাগীনি । খরনি মমাংদা খুজিল লাইপুম তৌই হায়দুনা মপাগী খুজিলদু ফনবা মমানা খুজিলদা নেইল পালিশ তৈবিখিবদো হৌজিক ফাউবা কোক্লমদ্রি হাযদুনা মপাবু মশক খঙখি । পেবেত সনাতোম্বানা মসি তোকপানা তৌবা থবকনি, মাবু ফাবিযু হাযববদা দাবোগানা মতিকচাবা প্রমাণ ফংদনা মদুম্না তৌবা য়াদে হাযবকই ।

পেবেত মচানা-'মাগী বাবানা মসাগী সিকিউবিটি পিবিযু হাযজখিবা মতমদা থৌ-শাবিখিদবা মবমনা ঙসিদা অসিগী দশাসি থোকপনি অদুনা মসি পুম্নমকসিগী থানানা দায পুগদবনি' হায়দুনা কন্না তকখৎখি ।

পেবেতকী নুপীনা ওম্বোইনা তেংথাবদুনা মপুবোইববু কৌবগা কপ্লকখি । মমাগী মতৌদুদা নুঙাইত্রবা পেবেত সনাতোম্বানা মমাদা ওনশিন্দুনা থেম্নবা হোৎনখি ।

' ইমা । কপ্লগনু । নচা ঐ লৈরি । ঐ মক্তবু ইপাগী অশেংবা মচা ওইববদি ইপা হাৎখিবগী লমন শোইদনা খুমগনি । সবকাবনা অতোন-অতা , অশোন-অনা ঐখোযবু ঙাকশেন্নবা কবিগুম্বা থবক অমত্তা পাযখত্তে । থোইনদুম লাকথনবা হোৎনৈ ইমা । অদুনা ঐখোয থৌনা থোক্না হিংবা তাববদি খুৎলাই পাযবা তাই । ইসানা ইসাবু ঙাকশেনবা ঙম্বা তাই । অদুনা ঐসু খুৎলাই পাযবগনি । পার্টি শেমগনি অদুগা তোকপাগী মথক্তা লমন খুম্নবা গেবিলা লান তাগনি ।'

' ইবুঙো । নঙবু খুৎলাই পাযবগে হাযবিব্রা ? ইসানা ৱাযেল কাতি পাযগনু ইবুঙো । তাইবং শেম্বা ইবুঙোনা অসুমক মাগী মাগী মবাল মতুংইন্না ৱায়েল শোইদনা তৌথবকখিনি । ঙাইবতা কল্লু । অসুম খাংঙু ইবুঙো ।'

' ঐ ঙাইবা ঙমদ্রে ইমা । নঙ করিসু মীপাইগনু । ঐনা লৌশিং তৌদুনা তোকপাবু লমন খুমগনি ।'

' নখোল্ল নহাগী হৌনবা অহলনা হাইবা ইন্দবীসে ফত্তেকো ।

তৌনু, তৌনু । নপাগী হৌনবী পাংথোকনবা খুন লৈকায়গী অহল্লমনগা তান্নদুনা  হোৎনৌ । ঐখোয়গী যজমান অজ্ঞা উরোকপু কৌহল্লুচো ।'

অজ্ঞা উরোক লাকলে । খুনপাউ অমত্তা চেনখোকউনবা কনাবু থাসিগে খন্নবদা তিকোংকাকোংবু থারসি হায়রদুনা থৌদারগা থাখি । মানা কোইপাই পাইদুনা 'তিকোংকাকোং, পেবেত শিরে ' হায়দুনা পাউজেল চংখি ।'

খুনগী ময়াম চংঙদুনা পেবেতপু হৌনবী পোলোইখি । থৌরমদুদা মতমগী চৎনবী থকপা-চাবা লোইনা চিংখদনা পাংথোকখি ।

## অষ্টম

পেবেত সনাতোম্বানা মপা হাৎখিবগী লমন সোরাৎ শোনদ্রিঙৈগী মমাংদা খুমনিংঙি । অদুনা কীরা থাংলিবা থাং অদু পায়রদুনা মমানা তুমথখ্রগা মদোম থোঙ হাংদোক্তুনা থোঙ্গালদা থোক্লকই । মীচিক মীরাউখোল তাদ্রে , মতম চপচারে হাইদুনা তোকপাগী ময়ুম মাইকৈ তম্না খোংশান তমখ্রে ।

খরা চৎলগা পেবেত সনাতোম্বানা নোংশা লাল্লাউলাউরকই ।

' কেকক্রে কে কে তোকপা লান শোক্লগে ।' অমুক্কসু লাউই । মনাক্তুদা যেরূম অমা পোথাদুনা লৈরম্বা জাৎনি ।

যেরূমনা হংলকই-' ও ভাই ! করি হায়রিবনো ? ঐবু তারম-তাফাৎহৌদ্রে অমুক্তগা লাউরকউ ।'

' ভাই ঐগী ইপাদু তোকপানা হাৎখ্রে । অদুনা তোকপাগী মথক্তা লমন খুম্বগী লান্দাবা চৎলিবনি ।'

' এ, অদুদি ভাই ! নঙগা ঐগা ইতাও শান্নরসি । ইতাও শান্নরবনিনা ঐসু লানদু পাংবা চৎচগে ।'

' য়াম্না ফখ্রবা ৱানি অদুদি ।' সনাতোম্বাগা যেরূমগা মরূপ শান্নদুনা পরপ পরপ তোকপাগী ময়ুম তম্না চৎখৎলি ।

পেবেত সনাতোম্বানা মাগী লাল্লাউদু অমুক্কা হন্না লাউরকই ।

' কেকক্রে কে কে তোকপা লান শোক্লগে । কেকক্রে কে কে তোকপা লান শোক্লগে ।'

মনাক্তুগী কোম অমদা ঙাচিক অমা মঙক থাঙ্গৎতুনা পোখারম্বদগী পেবেত সনাতোম্বানা লাউখ্রিবদু তাহৌরদুনা হংলকই ।

' ও, ভাই ! লাউখ্রিবদুবু করি অনৌবা পাউজেলনো ? অমুক্তং শেংনা হায়বিয়ু কৈদৌবগে ?'

' ভাই ঐগী ইপাদু ঙম্মী হায়দুনা তোকপানা হাৎখ্রে । সরকারদা বিচার কৎলুবসু মতিকচানা বিচার তৌবিদ্রে । অদুনা ঐ ইসামক্তা লমন খুম্লগে হায়দুনা লাক্লবনি ।'

' ভাই ঐগা মরূপ শান্নরসি ঐসু ভাইগী লান পাংবা চৎচগে ।' মখোয় অনিসু মরূপ শান্নরে । মখোয় অহুম অমুক তোকপাগী ময়ুম মাইকৈ তম্না চৎখৎলি ।

মফম খরা চৎলগা পেবেত সনাতোম্বানা মাগী লাল্লাউদু অমুক কন্না লাউরকই,- ' কেকক্রে কেকে তোকপা লান শোক্লগে ।'

মফমদুদা যেত্তুম অমা লম্বী মপান্দা লৈরম্বা জাৎনি । মহাক্না লাউখিবদু তাহৌদুনা হংলকই- 'ও ভাই ! লাউরিবদু করি মরমগীনো ? ঐবু তারম তাফাৎহৌদ্রে । অমুক্তা শেংনা তম্বীয়ু ।'

' ভাই, অসিনি । ঐগী ইপাদো তোকপনা ঙম্মী হায়দুনা হাত্তোকপিখ্রে । অদুনা ঐখোয তোকপাগী মথক্তা লান্দাবা চৎলিবনি ।'

' এ অদুদি ঐসু লান চৎনিংঙি । ঐগা নঙগা মরূপ শান্নরসি । ঐসু নঙগী লানদো পাংবা চৎকে ।'

যাম্না ফরে হায়দুনা যেত্তুমসু মখোয়গা লোয়ননা লান্দা চৎমিন্নরে । মফম খরা চৎলগা পেবেত সনাতোম্বানা মাগী হৌনবী লাল্লাউদু অমুক্তা লাউই,- ' কেকক্রে কেকে তোকপা লান শোক্লগে ।'

মনাক্তুদা থিবাক অমা লৈরম্বা জাৎনি । সনাতোম্বানা লাউরিবদু তারদুনা হংঙকখি,-' ও ভাই । করি হায়রিবনো ?'

পেবেত মচা সনাতোম্বানা ৱারী পুন্নমক তৌরে । অদুগা হংখি,- ' ভাইসু লান চংনিংব্রা ?'

'ইঃ মদুদি য়াম্না নুঙাইবা ৱানি । ঐসু লানদু য়াওজগে । ঐখোয়নি ইতাও শান্নরসি । ঐ হান্না হেক্তা কৌরগে,- ' ইতাওবী ।'

ইতাওবী হায়রগা থিবাক্লা পেবেতকা কোন্নখি । সনাতোম্বাদু নমখিবনা মনাতোন শুক্তোক্তুনা খাংখি । মফম খরা চৎলগা পেবেতনা মাগী লাল্লাউদু অমুক্কা লাওরকই । অদু তারগা লম্বী মনাক্তা লৈরম্বা থৌরী য়াইওইবগা থেংগু য়াইওইবগানা -' আঃ কনা কনানো ? লাউরিবদুবু করি হায়রিবনো' হায়রদুনা হংলকখি ।

পেবেত সনাতোম্বানা মরম শুগাইনা হায়রবদা মখোয়সু মাগা মরূপ শান্নদুনা লান পাংবা চৎমিন্নরে । তোকপাগী ময়ুম নকশিল্লকপদুদা পেবেতনা অরোইবা ওইনা পাঙ্গল থাদুনা লাউখি - 'কেকক্রে কেকে তোকপা লান শোক্লগে ।' মনাক্তা লৈরম্বা মাইরেন অমনা লাউখিবদু তাহৌরদুনা-'আ করি হায়রিবনো ? ঐবু তারম তাফাৎহৌদ্রে । অমুক্তং শেংনা হায়বিয়ু ।'

' অসিনি, ঐগী ইপাবু ঙম্মী হায়দুনা তোকপানা হাৎতোকপিখ্রে । অদুনা ঐগী মরূপ ময়ামগা লোয়ননা তোকপাগী মথক্তা লমন খুম্বগী লান্দাবা চৎলিবনি ।'

' য়াম্না ফরে অদুদি । ঐসু লান পাংবা য়াওজগে , ঐগা মরূপ শান্নরসি ।' অসি হায়দুনা মহাকসু মখোয়গা লোয়নদুনা চমিন্নরে । মখোয় ময়াম লম্বীদা চৎনা চৎনা তৌগদৌবা লানসিগী লাল্লোং শিন্দুনা অমগা অমগা অফ-ফত্তা কুপ্না তান্নখি ।

তোকপাগী য়ুম য়ৌরে । য়েরুমবু ফুঙ্গা মপান্দা লৈহল্লে । ঙাচিকপু খোংহামপুন মনুংদা , য়েত্তুমবুনা কাংখলদা, থোংজিল মপান্দনা থিবাকপু লৈহল্লে । মাগা থংননা থৌরীগা থেংগু য়াইওইবগা অমুক লৈহল্লে । য়ুমগী শাইজিন মথক্তুনা মাইরেনবু লৈহল্লে । মখোয় মাগী মাগী মখৌ পাংথোক্লনবা চেকশিন্না লৈনখ্রে । পেবেত সনাতোম্বানা থবক পুম্নমক শিন্দোকলম্মগা শগাইদা কাখৎখিদুনা মফমচানা খুম্নগা লাউরকই, - 'কেকক্রে কেকে তোকপা লান শোক্লগে । কেকক্রে কেকে তোকপা লান শোক্লগে ?'

তোকপাদু তুম্নমবদগী লাউরিবদু মংজ্রোং-হাজ্রোংনা তারদুনা মমিৎ খংপাং পাংথোকলকই । অহান্বদা মৈ লৈব্রা হায়দুনা য়েংঙি । মৈ

লৈরমদে । মচিন্দা মুরুম-মুরুম ইলেকট্রিসিটি কাংবুবু পোরোক শোল্লি । অমম্বদা মার-মারদুনা তপ্না তপ্না ফমুংদগী কুমথরকই । ফুঙ্গা বামৈ কামখৎকে হায়দুনা নোম্বরগা ফু লাউনা কাম্মুবদা য়েরুমনা অমুক্তং পোকখাইরকপদু চানবা লেগু মাইন পোকখাইবদুমঙাই । মমিৎতা পানখিদুনা মমাই মমিৎ ইমম মমখি । অয়ো ইমা ঐ শিরে শিরে হায়দুনা মার-মারদুনা মমাই মমিৎ তাথোক্কদৌবগীদমক খোংহাম চফুদা মখুৎ খিংজিল্লুবদা ঙাচিকনা অমুক্তং হাইরকপবু নামনগ্রদুনা ফ্রং ফ্রং চোংলদুনা মমাইদু কাঞ্জলদা তৈথোক্কদবগী কাঞ্জলদু মখুৎনা তাপ পায়রগা মমাইদা নোইরুবা তাঞ্জাদা য়েত্তুমনা মমিৎতা চক চক হেক খিল্লকই । তোকপানা নামনগ্রদুনা লাউরগা মপান্দা খোকখ্রগে খন্দুনা খোংজিন হেক কাম্বোরকপদা খিবাক্তুদা নেৎশিল্লুবদগী শর লাউনা নাম্বুদুনা থৌরী য়াইওইবদা তুশিল্লে । থৌরী য়াইওইবনা ক্রক হেক্তা পুনশিল্লগা থেংগু য়াইওইবনা দুপ দুপ লাউনা অওন-অওম্বদা কম্বরে । তোকপানা- ' অয়ো ইমা ঐ শিরে,অযো ইমা ঐ শিরে,' হায়দুনা থরো থরো ওনবদা দারী মখাদা ওম্বরে । মতাংদুদা শাইজিন মথক্তা লৈরম্বা মাইরেন্না তাঞ্জা চারে হায়দুনা থরো থরো ওম্বরক্লগা তোকপাগী মকোক্তা দুপ লাউনা তারবদা তোকপাদু প্রাণ থারে ।

শগাইদগী পেবেত সনাতোম্বাসু কুমথরক্লগা মরূপ পুম্নমকপু কৌশিন্দুনা তশেংনা শিরবা হাযদুনা য়েংমিন্নরে অদুগা মথোয়গী খুদম পুম্নমক অমত্তা লৈতনবা চেকশিন্না মুথৎ-চামথোক্তুনা মফমদু শেম্লগা থাদোক্তুনা লাকমিন্নরে । মথোয় কায়নরমদাইদা মপাগী অবানা খাংবদা শোইদনা য়াওবিরদবা য়াদে হাযদুনা সনাতোম্বানা বার্তো ণ কৎখি ।

অদুদা যেরুমনা হায়,-'ঐদি ঙা চাজদে । ইরু কোক্তুনা হরিনাম শোনবা কুইরে ।'

খিবাক্লা হায়,-'ঐদি ফিঙাং শেৎলে অদুনা বামোনগী মখুৎ চাদে । মথোয়না ঐখোয়গী ইখুৎ চাদ্রিমখৈ বামোন মখুৎ চাখিরোইগে খল্লি ।'

সনাতোম্বানা হায়রম্মী,-'নিঙোলমচাশিংবু তোঙান্না থৌরাং তৌহঞ্জগে শোইদনা লাকপিয়ু ।'

তোকপাদু শিদুনা লৈরম্মে হায়দুনা মাইগৈ পুম্নমক বা বা

লাউনরকপা পাউ তাবদগী খানা লাক্তুনা থুংলরে । মনুংগী মীনা হাৎপরা নত্রগা য়েংথীনবনা হাৎপরা দারোগা খুনুখ্রঙনা কুপনা থীগৎলকখি । অদুগা পোট্ট মোটেমগীদক মশাদু পুখৎখ্রে ।

চিংনবদগী দারোগা খুনুখ্রঙনা পেবেত সনাতোম্বাবু থানাদা কৌখৎলি অদুগা বাহং পাউহং তৌখি । পেবেত সনাতোম্বানা মহাক্তি মপাগী কীরা পুদুনা লৈবনা থৌদোক অদুগী মরমদা করিসু খংজদে হায়জে । তোকপাগা মাগা নিঙাই শাংদানবসু করিগুম্বদা থোকখিবসু লৈখিদ্রি । অদুগা মহাক মামগী ময়ুমদা চাউজরকপনি । শিথ্রিবা তোকপাদু মশক ফাউবা নিংথিজনা খংজদে হায়জে । মতিকচাবা প্রমাণ লৈতবদগী দারোগা খুনুখ্রঙনা তকশি শোল্লগা পেবেত সনাতোম্বাবু থাদোরক্লে ।

পেবেত সনাতোম্বানা খুনলৈকায়গা তান্নদুনা মপাগী সোরাৎ শোন্নবা লাংখৎলকই । অমনা অমা তৌসি অমনা অদুনা ফনি হায়জিল্লকপদা খনফম খংলকতে ।

## মরি

অজ্ঞা উরোক নোংমাগী কায়দনা চাউকান চাউকান কান্দুনা পেবেত সনাতোম্বাগীদা বা তান্নবা লাকই । মখোং নামা থাঙৎতুনা মুন্না তারগা ময়ামগী মমাংদা হায়,-' নঙগী শক শোনবসিবু মীরমগী য়াউহনগদৌরিবরা ? যাউহনগদবা লৈরবদি মণিপুরগী অফাউবা ওঝা থাইন নোংইন নত্রগা তাম্নাদু পুথরকসি হায়ববু ঙমগদ্রা ? নত্রগা আসামদগী বাহোংবু পুরকসিরা ? মানা খুথেক-শাথেক্লা শকপা ঈশৈদি করিমুক হায়গনি ।'

পেবেত সনাতোম্বানা হায়,-'অদুক য়াম্না লাম্বা ঙমলরোয় অজ্ঞা , খুনবুবা চরোইবু অসুম শকহল্লগে ?'

'মখোনবু ওম্বোক্লা য়াকখ্রেনে । ফরে অদুসু, দুহায়রন্না কন্যাবু লেপহনগে খল্লি ?কোকিলবু লেপহল্লবদি খরা তাবা য়াগনিদো ?'

' অজ্ঞা মাবুসু লাম্বরোইগে । মহাকতি য়ুমদসু লৈগদবনি । বার্তোন শংলমদবসু য়াই অদুনা ঐখোয়গী কায়দবী ওঝা চোঙাবু অদুম লেপহল্লগে খল্লি । মসিবু য়াম্না মওং চাররোইদ্রনে ? '

'ফরে ফরে , নখোইনা অসি পাম্মী হায়বদু তৌরো । ঐগীদি করিসু হায়দে । অদুগা মোইবুঙ খোংবদি য়াউহনগদ্রা ? য়াওহল্লবদি নোংগৌবীবু খোংহনসিদনা ?'

'অজ্ঞা ময়াম্না অসুম ভাংনববু নোংগৌবীদি ঐখোয়গা আনীনি হায়নে । অদুঙে ময়াম্না তুরেল তৌবগী কৌখৎপদা কারকখিদে হায় অদুনা লৈপাক্তগী ইহোক্তুনা থম্মী হায । অদুগীসু মথক্তা মানা মোইবুঙ খোংঙবদি নোং চুগল্লি । নোং চুদুনা ইপাগী থমক খৌরম নুঙাইরোইদবগী শরুক মহাকপু খোংহন্দবনা হেন্না ফৈ ।'

' অদুগা কনাবু খোংহনগে খল্লিবগে ?'

' অজ্ঞা, ঐখোয়না মোংশোংতাবম লমহুইবু খোংহনগে খন্নরি ।'

' মাদি লৈকায়তাবম হুইগা উনবা যাদবনি । য়াম্না য়েংখিনবনি । নপাগী খৌরমদা ফুনা-চৈনা খোক্লবদি নুঙাইরোই , ফজনবা শিন্নবা তাইদো । কবম্না শিন্নগদৌরিবগে ?

'অজ্ঞা , মহাকসে মুক্তিযারগী মনাক্তা থংননা ইমা-ইবেনগী মরুমদা ফমহন্ননবা লেপনখ্রে ।'

'হোইনে মদুসু য়ারে । অদুগা পুং যৈবদি কনা কনাবু পাবি । লমগী যাউরিব্রা ?'

'অজ্ঞা , লমগীকা লাম্মুদ্রে । ঐখোযগী ওঝা উথুম মচিম্মনাউনা অসুম কাযদবী যৈহল্লগে ।'

'ফবে, ফবে । পাললা মচাদি কযা লেপতৌবি ?'

'অজ্ঞা , পাললাদি শেন্দ্রাংগা, শ্লোক থীবা ফবা খুনু অদুগা ওঝা চবোইনা মাগী পকবা অমা হাপচগে হাযবে ।'

'যাম্না ফবে । কীর্ত্তণ মপুদি লৈবাক্কী কীর্ত্তণমপু অজ্ঞা বুদুলাউবীবু তৌরিবা নত্রা ? নত্রগা নঙগী অপাম্বা তৌরিব্রা ?'

'তৌদে অজ্ঞা । অজ্ঞাদুদা অদুম লেপ্লরি । অদুগা খোংহামকমলা মাম মকু, সেবারীনা খুড়া ক্কাক, বৈষ্ণবনা ইপু লাংজা, অতে ফম্নাইবা পুম্নমক লোইনা শিনখ্রে । অদুতসু নত্রি । ঙা তংবগীদমক ঙা পিগে হায়দুনা ঙায়োম্বা ঙারাকপীনা হাযজন্নবদুদা শোইদনবা পীবো হায়দোকখ্রে ।'

'নহোই নহারোলগী মহি-মনাই তৌশিল্লগা গ্রুংগ্রাংককাদি তৌদনবা হান্নবা শিলহৌকো । য়াম্না নুঙাইতে ।'

' অজ্জা, মদু খোক্তনবা শিঞ্জগনি ।'

অজ্জা উরোকসু পেবেত সনাতোম্বাদা নুমিৎ অদুগী খোং থাকপদা চংগদবা চেং-চাক য়েঙ্থাং নাপী হৱাই চেংৱাই পুম্নমক্কী হিসাব পিরন্নগা সঙ্গাইদা হঞ্জিনখ্রে ।

সোরাৎ নুমিৎনি । ঙাইহিরি শেল্লী অমদি লাকলিবা ইমা-ইবেনশিংনা পুনরকপা সিধানা পেবেতকী চাকখুমদো পিক থনখ্রে । পাললা কাররক্রে, অহল্লমন, ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিং লোইনমক লেংখৎনরক্রে । বার্ত্তোণদা পনখিবা মতুংইন্না শোনবা লোইরগা লুক কত্তুনা খ্বাইপুম্নমক ফংমিন্নরে ।

মন্দির পূজা লোইখ্রে । পাললামচাশিংনা ভাবোক বৈষ্ণবপু ভক্তি কৎখ্রে । কীর্ত্তণমপু বৈষ্ণবসু লেপখ্রে । মোইবুঙ খোংবা মুক্তিয়ারশিংসু লেপখৎলে ।

কীর্ত্তোণমপুনা লাউরকই,-' বু-দু , বলহ প্রেম শ্রী কহো ।'

মোইবুঙ খোংবনা খোংগৎলকই,-' তে-হু, হুতে-হু ।' ঈশৈ শকপা দুহার পাললাশিং লোইনা কোরতাল থাঙ্গৎতুনা পুংয়ৈবনা হৌরকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে ।

উথুমনা রাগা হৌরকই,-' তোং ক্রুপ ! তোং ক্রুপ । কর্র কর্র ক্রুপ ক্রুপ দুমাই পামফেন, দুমাই পামফেন । কোরতাল য়ৈরকই,-' চেকাই চাও, চেকাই চাও , চেকাই নাকা খিদুম চাও । পৈশা পিউ , পৈশা পিউ ।' পাললা মচা ময়ামসু চেওচা চেওচা য়ৈদুনা মতেং পাংঙি ।

কীর্ত্তেণমপু অহল্লমন খ্বায়না কীর্ত্তেণ চংলবা তুংদা য়ুম্বু সনাতোম্বানা কীর্ত্তেণ খুরম্মী । পুংয়ৈবা পাললামচা পুম্নমক্তা লুপা মঙা/ মঙা কৎলকুপ্নদা লমহইনা মাবুদি চিখরম্বা তারে খন্দুনা মোইবুঙ তাপ ~~পারিখৎলগা খোংবা হৌগৎলি । মাতোংদসু মঙা চৎপী অমা থারে ।~~ কীর্ত্তেণীয়াশিংনা মঙা চৎপীসিতা থোক্লকত্রবদি ফনি হায়দুনা শাউনৈ । পৈশা থারিবা মতাংসিদা খোংহামফমদা ফমলিবা মাম মকুনা মঙক ৱাংনা থাঙ্গৎলগা মুন্না য়েংলগা খললি, -'ওহোকপা ফম অমা পায়র ুনা ফনা

অহল ওইরবা ঐবু থোঙ্গাল মনাক্তা ফমহল্লি । শেল থাবা খোৎপসি ঐসু মনাক্তা ফম্লবা থোক্লম্মবদি ফনা মকান্নজরমগদবনি । নিং পৎনবতা ফমদুনতা তোকলে ।’

অসোমদা সেবারী ক্বাকনা চন্দোনঙৌনা থিল্লগা যেৎনা লৈ-চন্দোন, ওইনা পানা-ক্বা পাযরদুনা মী খুদিংগী য়েল্লি । মচিন্না ফজখ্রিবা ,- ‘ক্বা খাও, ক্বা খাও । লো - লো - লো ।’

ময়াম লৌদবা য়াদদুনা ক্বা লৌনৈ । অচাবনা চাই চাদবনা চাইখাইদুনা থম্লম্মী ।

ময়াম ঈশৈ মবক হায়নরকই । মরক্তা খুনুনা চোলোমগা কোন্ননা শক্লকই,- ‘ বাক মাক্কুম চগেম চাগেরা ? বাক বাক্কুম চগেম চাগেরা ? বাক বাক্কুম গুং গুং গুং’ অসি হাযদুনা ঙংখিবসিনা পুংখাইমুক শোব থিংদুনা ঙংখি । তান থাবগা পরেং নাইনা শেন থাবা চংলকপদুদি পেবেতকী খুৎকন পাঙ্গনবা মরূপ-মপাং য়াম্না তিন্নরম্বগী খুদম ফংঙি ।

‘নিত্যাইদা চংজৌ, মাগী মতেং নত্তনা ইবুঙোগী থৌজাল ফংবা ঙম্রোই’ শক্লবগী তুংদা অজ্ঞা কীর্ত্তেণমপু বুদুলাউবীনা নাম থিংগৎখ্রে । সোরাৎ লোইশিল্লে । ব্রাহ্মণবৈষ্ণব ,অহল্লমন পুম্নমকপু মতিকচানা দক্ষিণা কৎলবা তুংদা মাগী মাগী সঙ্গায় তম্না হঞ্জিন্নখ্রে । পেবেত সনাতোম্বানা ঙাইবিশেল্লি কৈবোইলৈকায পুম্নমকপু অৱানা খাংবদা শোইবিবা যাদে হাযবদুনা খুরম খুরমদুনা হাযজখি ।

-----------------

# ঐখোয় মশেল নুংশিনসি

‘ হাউজ ডেড ’ । বোলার অমসুং উইকেট কিপার অনিনা মখুৎ বাংনা থাঙ্গৎলগা অম্পায়ারদা ওনশিন্দুনা লাউরকপদা প্লেয়ার পুম্নমকসু লাউরকই । মদুগা লোয়ননা ষ্টেডিয়ামদা তিল্লিবা মীয়াম্না নিল্লকপদুদা অম্পায়ারদু ঙাইহাক পংশিল্লুবরা খংদে, আউট পিশিরা পিরোইশিরা খঙ্গা-মঙ্গানদুনা খুদোম্বী তিংথোক্লগা ‘বেনিফিট ওফ ডাউট’ বেটসমেনদা পিফম থোকপদু নিংশিংলক্তুনা মনাতোন হোৎলগা তোকখি । তিল্লিবা মীয়ামদু অম্পায়ারগী মতৌদুদা মপুক পায়দুনা নোক্লখি । ফিল্ডিং তৌরিবা প্লেয়ার পুম্নমক্না খুবাক খুদুনা অম্পায়ারগী ডেশিসনবু ইকাই খুম্নখি ।

চহি কয়াদগী ইবদি অসুম লেপ্তবা লাইরিক ওইনা ফোংদোকপদি ইঙম ঙমদবদুদা মীয়ামদগী মতেং লৌরগা ফোংদোকসি খন্নবদগী ময়ামদসু নুঙাইবা খরা পিরগা মতেং লৌবা ওইনা কাছাড়গী অইবাশিং অমসুং হাইলাকান্দিগী অইবাশিংনা তান্নরগা মখোয়না শাবা ক্রিকেট টিম অনিনা শিলচর ডি.এস.এ. ষ্টেডিয়ামদা বেনিফিট মেচ অমা শিন্দুনা শান্নরি । কাছাড় টিমদা শান্নরিবা প্লেয়ারশিংদি ,- শৌগাইজম ব্রজেশ্বরনা কেপটেইন অদুগা মৈস্নাম ভূবন, খইরুদ্দীন চৌধুরী, ঙারীয়াম্বম নবদ্বীপ, হাওবম গৌরহরি, ওইনাম নীলকন্ঠ, সনসম বিনোদ, শাপম বল্লভ, সইদ চৌধুরী, থোকচোম বিশ্বনাথ, ক্ষেত্রিমযুম ন[illegible] ., কৈশাম বিদ্যাপতি, ইলাবন্ত যুমনাম, সিনাম মেঙ্গোর, কব্রবম নীলকান্ত, কৈশাম মংলেম্বানচিংবনি । প্লেয়ার যাম্মনখিবনা শান্নবা প্লেযার তরামাথোই খন্নবদা পুমখিৎলবা ফিভমসিদা মখুৎ চংলক্লবা হাইলাকান্দিদগী কাছাড়গী শিলচরদা চত্তুনা শান্নরিবা সগোলসেম ধবল, আই.এস.থিঙ্গোম, লাইশ্রম তরণীকান্ত, থাংজম পাওলেনখোযনা কাছাড়টিমদা যাওবা ফংগনি আশা তৌরুবা মঙ নত্তনা করিসু ওইখিদে । শান্নবা মখলসিদা মাংজিল থারকপা ওঝা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহননা মণিপুর টিমদা শান্নখিবা, থোইদোক্লা শিংথানরক্লবা প্লেয়ার দিলীপ ময়েংবমনা ক্লাব ট্রেন্সফার লৌদুনা মণিপুর টিমদা শান্নগনি চংখিবা কাছাড়গী টিমনা শোম্বগী মরম অমনি । অফবা শান্নরোই ওক্রম মীনা,কোম্বৌজম

কালেঙ্গাউ অমদি হৈবিথাবম বুধিচন্দনা হিংদুনা লৈরম্মবদি কাছাড়গী টিমদা মাগী মাগী ওইবা মফম অমমমদি শোইদনা কল্লমগনি । সরকসিদা বেট পিকক্র অমা পায়দুনা কন্না প্রেকটিস তৌরিবদি মুতুম বাবাতোননি । মখোয়সি নত্তবা য়ুম্নাম কালা, হাওরম্বম পরিমল, নাওরেম কুলজিৎ, রাজ্যেশ্বর থাওরোইবম,লৌখাম নন্দকুমার, এস. তাহির আলী, নাওরেম বিদ্যাসাগরনচিংবা প্রতিভা লৈরবা শান্নরোইশিং পরেং অমনা টিমদা চংশিনগদবগী লুখমদা শোর কান্নক্লবদা কাছাড়গী শান্নরোইশিং লৈজবী থাদুনা হোৎনরি । ঙক্লবা রাফম অমনা অষ্ট্রেলিয়া টিমদা অবা, নিউজিল্যাণ্ড টিমদা ফ্লাওয়ার মচিন্মনাও যাওবাগুম্না কাছাড়টিমদসু হাও. অমর, হাও.পরিমল মচিন্মনাও য়াওরি । অমুক্তা ঙকহন্দুনা হাইলাকান্দিগী টিমদনা য়ুমগী নুপী-নুপা অনিমক টিমদা য়াওরি । অতোপ্পা অঙক্পা অমনা লাইশ্রম তরণী অমসুং বীরেন লাইশ্রম পোকমিন্নবা মচিন্মনাও ওইরবসু লাইশ্রম মফম ওম্বোক্তুনা নাকপক অমমমদা লেপ্পরি । অদুগা নীলকণ্ঠ, নীলকান্ত পোকমিন্নবা মচিন্মনাও মাঞ্জরবসু শাগে অমমমনি ।

হাইলাকান্দিদা টিম অমা শেমগে হায়বা থরায় হকচাং যাউনা হোৎনরম্মবসু মদোম তরক তাখিবা অহল নাওরিয়া ফুলোগী থোঙ্গুল লিদুনা শান্নবাসিদা থরাই য়াওনা চোংথোরকখিবা নাওরোইবম ধনঞ্জয়না কেপটেইন, তৌরাংবম নিমাইচান্দ, খুমোংমযুম বীরেন্দ্র, তৌরাংবম সনামচা, মযাংলম্বম ভগীবথ, সুরাম,কোনসম বিনোদ বিহারী, নীনা দেবী, লাইশ্রম রাকচীং, কোইজম জীতেন, বীবেন লাইশ্রম, পুখ্রম্বম নোনী, লাইশ্রম মুশীন্দ্র, কাম্বম চন্দ্রশেখর, চোংথাম বাবুতোন, নাওরেম রাজেননচিংবা প্লেযাবনি । মখোযসি নত্তবা থাংজম ববীন্দ্র, ওইনাম ঊষারাণী, নাওবেম লালমোহন, এন.বেমনি, নিঙোম্বম চেঙ্গীস, লাইশ্রম খাগেম্বা, মোইরেংজম চীংলেন, লাইশ্রম রোতেন, হৈগ্রুজম ওমরজিৎ, লাইশ্রম কূলচন্দ্র, কাহাজম মণ্ডালনচিংবা শান্নরোই পরেং অমসু টিমদা চংশিনগদবগী ঙাইদুনা লৈনবি । নিংখিনা শান্নবা হৌগৎলকপা নাওরেম নীলকুমাব দুবাইদা শান্নখিবনা হাইলাকান্দি টিমগীদমক খন্নখিদ্রে । পিথোরকপা প্রতিভাগী কোন্ননা শান্নরম্বা ওঝা সোরাম বাবুসনা মতম চাদনা

লৈখিদবনা হাইলাকান্দি টিমগীওইনা অশোক্বা ওইখি। মাইগৈ অনিমক্কী সাপোর্টার ময়াম্না হাও. ওমরদা শান্নবসি কনানা থোইগদগে হাইবগী খুৎলৌ অমত্তা য়েংবিয়ু হায়দুনা কন্না তকশিনখি।

অম্পায়ারদি কনাবু ওইহনগনি ? অদুসু মাইকৈ অনি তান্নরগা য়ানদুনা মণিপুরদগী মীওই অহুম অম্পায়ার ওইবিবগীদমক কৌখরকখি। ওঝা কুঞ্জমোহন অম্পায়ারশিংগা লোয়নদুনা মেচ রেফারী ওইদুনা লাকখি।

নুমিৎসিদা কাছাড়গী কেপটেইন সৌগাইজম ব্রজেশ্বরগা, হাইলাকান্দিগী কেপটেইন নাওরোইবম ধনঞ্জয়গা অনিনা ক্রিজটা থোক্তুনা টোচ তৌখরে। কাছাড় কেপটেইননা টোচ ঙম্মদুনা হাইলাকান্দি টিম কেপটেইনদা নখোয় বেট পাযজরো হায়দুনা মখোয় ফিল্ডিংগীদমক কুমথখরে।

হাইলাকান্দিগী ওপেনার ওইনা সুব্রামনা খুনুযেকপা বেট অমা পায়রদুনা অদুগা বীরেন লাইশ্রমনা নুঙাইবনা পি তাগে তৌরবসু করিগী ইদোম কপচরুগদগে খল্লগা ময়া ক্রক চিক্তুনা শান্নবা থোক্লকই। কাছাড় টিমগী বোলার ওইনাম নীলকণ্ঠ অমসুং কৈশাম মংলেম্বা অনিনা মাইগৈ অনিদগী ইনসুইং আউটসুইং অমসুং মরক মরক্তা চিন্নদবা কাটার, থাবল্লে এক্সপ্রেস বোল তৌশিল্লম্মী। অমুক অমুকসু বিট তৌরবসু হাইলাকান্দিগী ওপেনার অনিমক খোঙ কান্নোক কান্নোক্তুনা হিংনবা লান কন্না শোল্লরম্মী। ওভার ১৩ সুবদা স্পিনার সইদ চৌধূরীগী অহান্বা বোলদা বীরেন লাইশ্রম ক্লিনবোল্ড ওইখি। মদুনা সুব্রামবু য়াম্না চেকশিনহনখি। মসি হাইলাকান্দি টিমগী রান ৫১সুবদনি, বীরেন লাইশ্রমগী রাননা ৩৬নি। সুব্রামদি ঙাকপা হোৎনবদা রান ১১তমক তৌখি। অতৈ রানশিংদি এক্সট্রা ঙক্তনি। উইকেট অমা তাশ্রবগী তুংদা জারিবোন বাবু, কোনসম বিনোদ বিহারীনা হনুমান মমৈ য়েকপা বেট অমা পায়রদুনা ক্রিজটা চংলকখি। মহাক মশাগী রান ৪ সুরম্মা সোর্ট রান অমা লৌগদৌবগী চেনশিনবগদা 'রানিং বিটুইন দা উইকেট' সুব্রামগা শোর হোনহৌদদুনা কৈশাম মংলেম্বাগী ডাইরেক্ট থ্রোদা রানআউট ওইদুনা সুব্রামদা শাউনা চাথোক্কদবগুম মমিৎ খানা য়েংলম্মগা পেভিলিওন তম্মা হনখি। সুব্রামবু মশাগীতা খল্লি হায়রদুনা ষ্টেডিয়ামগী

মীয়াম্না ঙাংনখি । মহাক্কী মতুংদা অহুমসুবা উইকেট ওইনা হাইলাকান্দিগী কেপটেইন নাওরোইবম থনঞ্জয়না লমশোইবী লোগো থেত্তুনা বেটিংগীদমক থোক্লকখি । লাপ্না য়েংলিবা কাংবুনা উরম উফাত্তনা লানশোনবীনি হায়নবসু য়াওখি । ওঝাসিসু মশাগী রান ৭ সুরকপদা ওইনাম নীলকণ্ঠগী চিন্নদবা ইনকাটার অমদা ফার্স্ট স্লিপতা ফিল্ডিং তৌরিবা খইরউদ্দীন চৌধূরীনা শবনমগী যাদুগুম ওইথোক্তুবা মওংদা কেচ লৌখি । মসিনা ওঝা অসি প্রতিভা চেল্লি হায়বসি মীয়াম্না ঙাংনখি । এগু অমদা সুব্রাম মশাগী রানদি ইয়াও য়াওদনা উইকেটতা উইদুনা অসুম লৈ । কান্নবা হায়ববু মরক মরক্তা এক্সট্রা রান খরা ফংবদু মঙাই । হন্দকমুক থোক্লকলিবীসি তৌরাংবম সনামচানি । মহাকসু হাইলাকান্দিগী ইনিংস শাগৎপদা শরুক যারি । মতম শাংনা শান্নরগনি খল্লকপা মতাংদা মশাগীনা রান ৯ সুরকপা টিমগীনা রান ৯২ সুবা মতমদা বেকফুট লৌমনখিবনা মশাগী বেটনা ষ্টাম্পতা কনথেক্লুদুনা হিটউইকেট আউট ওইবক্লে । মঙাসুবা উইকেট ওইনা লাইশ্রম ৱাকচীং অচাইবা বেট অমা তাপ পায়রগা ক্রিজ তম্না চংশিল্লকই । অম্পায়ারদগী মিডল ষ্টিক গার্ড লৌরগা শেমশাদুনা বোল লংলকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে । মহাক্কী চেকশিনবা দিফেন্সপু মীয়াম্না থাগৎনখি । মাইকৈ অমদা সুব্রামসু খুৎথানা শান্নবা হৌগৎলকখি । ঙাইহাক্তুদা টিমগী রান ১০০ লাম্হোকখি । সুব্রামগীদি বান ১৮দমক সুরি । কৈশাম মংলেম্বাগী থাবল্লে এক্সপ্রেস বোলনি । সুব্রামনা ফ্রোন্ট ফুটতা খুনুথোঙ য়েকপা বেটনা দিফেন্স লৌবনি অদুবু বোলনা পেডতা পাল্লখি । কাছাড়গী প্লেযার পুম্নমক্না পুন্না লাউশিনখি ,' হাউজ ডেড ' । সুব্রাম আউট । অম্পায়ারগী খুদোম্বী থাঙ্গৎলকপদুদা পেন্দনা সুব্রাম ক্রিজদগী থোক্লকখি । সুব্রামগী উইকেট তাখিবদগী হাইলাকান্দিগী টেল এণ্ডারশিং মথং মথং ওইনা টি. নিমাইচান্দ, নীনা দেবী, পুখ্রম্বম নোনী, লাইশ্রম মুশীন্দ্র আউট ওইখি । টিমগী অপুন্বা রাননা ১৩৬ তা ওলআউট ওইখিবনি । লাইশ্রম ৱাকচীং মশাগী রান ১৪দা নোটআউটতা লৈহৌখি ।

লাঞ্চ ওইরে । মশা মশাগী পোকেটতগী পৈশা পুথোক্লদুনা হোটেলদা চাকলেন চান্নরুরে । শেম শাদুনা লোইরগা কাছাড়গী ইনিংস

অমুক হৌগথলে । ওপেনার ওইনা খইর উদ্দীন চৌধূরীগা মৈরাম ভুবোনগা খোরুকখি । ওঝাশিং অসি মতম কুইনা শান্নরক্রবনিনা হাইলাকান্দিগী প্লেয়ারশিংনা খরা কীনা হোৎনখি । অদুবু মৈরাম ভুবোন হাইলাকান্দিগী কেপটেন নাওরোইবম থনঞ্জয়গী ইংনা তপ্পা হোৎনদুনা হল্লকপা কাটাখাল ঈচেলগী বোলদা বেটকী হেন্ডেলদা স্রেক ওইখিদুনা শূন্য রানদা কট বিহাইগু আউট ওইখি । কাছাড় টিমগী কেপটেন সৌগাইজম ব্রজেশ্বরনা হঙোই য়েকপা বেট অমা পায়রগা মচিন্দনা 'ওঁং বিষ্ণু বিষ্ণু' গোল্লদুনা ক্রিজ তম্না চংলকখি । মহাক্কা মমল লৈরবা রান ১৪ গী ইনিংস অমা শান্নরম্মী । অসোমদা খইর উদ্দীন চৌধূরীনা রান ৮ লৌদুনা মাইকৈ অমা ঙাকলি । মথংদা শাবোন য়েকপা বেট অমা পায়দুনা হৌজিক্তা ইরুজরুবদগী কারকপা থোকচোম বিশ্বনাথ চোংফন্দুনা মশা শাগৎহল্লগা থোরকখি । মশাগী খাতাদা রান ৩ তমক লৈরিঙৈদা বীরেন লাইশ্রমগী থাদোই ইনকাটার অমদা মশাগী বেটনা বোল কোৎশিল্লক্তুনা মিডল ষ্টাম্প থরো থরো ওনখি । শাওনিংখিবনা পায়রিবা বেট অদু লৈবাক্তা কন্না শুজিনখি । মতাং অসিদা অহন ওইনা হোৎনবা কল্লবা, নহা ওইরিঙৈদদি ঐখোয়সু নোংথাং কুপ্পমুক য়াংলম্মীবনি হায়দুনা য়ারক্তা ঙংলগা তপি তপি হাওবম গৌরহরি থোরুকই । অম্পায়ারদা স্যার কৌগদবা তলহৌনৈ । হাইলাকান্দিগী কেপটেন মশানা খোংগ্রাউদা বোল তক্ল-তক্লদুনা রানআপ লৌগদৌবগী চৎখৎলি । অহল অসিগী চিংলেম্বা বেটিং ময়াম্না থাগৎনৈ । ক্রিজতদি পংকুই কুইরমদ্রে । মশাগী বান ২ তমক শুবকপদা নাওরোইবম ধনঞ্জয়না কট্ এণ্ড বোল্ড আউট তৌখি । এণ্ড অমদা ওপেনার খইর উদ্দীন চৌধূরী কাব্যগী দিফেন্সতা ফজনা কাছাড়গী মাই ঙাকলি । মতাংসিদা থোরুকই মোযনারবন্দগী মোযনা কররবম নীলকান্ত চন্দোন পাকনা থিল্লগা নুংধং মানবা বেট অমা পায়রগা নোকফেং নোকফেং তৌরদুনা ,খংনবা হাইলাকান্দি টিমগী ফিল্ডারশিংদা ওনশিন্দুনা ,--[illegible] এনা তৌরিবসে, মতমকক্কা ফংবা [illegible] তুং ইন্দুনা হরাওবা ওইনা য়াওবনি ।' মাগী রাহৈদু তারগা ময়াম্না খুরাক খুদুনা নুংশিবা ফোংদোকই । মহাক্কা মখা অমুক লৌথরকই,- ' উপন্যাস, ড্রামা, মহাকাব্য, রারীমচা ইরশিংনা অশাংবা ইনিংস শান্নফম

থোকই ।'শৈরেং ইবশিংনা বোলিংদা ফম্ভম থোকই । মহাক পেদ্রেং পেদ্রেং ঙাংলদুনা রান ফনা য়াম্না লৌশিনখ্রে । বোলিং এগু অনিদা বীরেন লাইশ্রম অমসুং সুব্রামনা বোল তৌরি । সুব্রামগী স্লো বোল অমদা ওপেনার খইর উদ্দীন চৌধূরীনা অতিয়া ব্লাংমা লান্না সিক্সার অমা থোগ্লগে খন্দুনা চেনখ-ৎলুবদা বোল চিংহৌদুনা উইকেটকিপার কোনসম বিনোদ বিহারীনা ষ্টাম্পিং তৌখরে । মহাক আউট ওইবা মতাংসিদা কাছাড়গী রান ৬৮ দা উইকেট ৬ তাখি । হন্দকমুক থাবল্লে যেকপা বেট অমা পাযরগা থোক্লকইবসি কৈশাম মংলেম্বানি । মহাক প্রতিভা লৈবা শান্নরোইনি । অদুগী মথক্তা মণিপুরদসু কোচিং লৌরুরবনি । হাইলাকান্দিগী টিমনা লাকচরপ শান্নবা উবদা শান্নবা য়াউবা ফংদ্রবা কাছাড়গী শান্নরোইশিংনা প্রক-প্রক চাক্লা খাংঙি । কাছাড়গী ক্লাবতদি শান্নবা হাইলাকান্দিগী শান্নরোই খরনা খুদোংচাবা ফংলিঙৈদা কোক থোইরনবা হোৎনদে হায়দুনা শাউনখি । তাঞ্জাসিদা সুব্রামগী বোলদা কৈশাম মংলেম্বানা সিক্সার থোমগদবগী বেকলিপ্ট মতিকচানা লৌদুনা বেট কন্না হাইখ্রে । বোল ব্লাংনা পাইরি । বাউণ্ডারী মনাক্তা ফিল্ডিং তৌরিবা বীরেন লাইশ্রমনা কেচ লৌগদৌবগী বোল যেংলদুনা কন্না চেনশিল্লি । বোল অদু বীরেন লাইশ্রমনা ওকখ্রে । অদুবু মশাগী বেলেন্স পুবা ঙমলোইদবা উবদুদা বোলদু কন্না লংখৎলম্মগা মপান্দা তুখ্রে । অমুক থুনা হৌগৎলক্তুনা চেনশিল্লগা শূণ্যদা লৈরিবা বোল অদু ফাখি । ফিল্ডার মযাম পুন্না লাউশিনখি ,-' হাউজ ডেড ' । বীরেন লাইশ্রমগী প্রতিভাবু মীযাম্না থাগৎনখি । অদুবু অম্পাযারনা মযাম্বু ঙকহন্দুনা আউট পিরকখিদে । হাযনা হাযনা করবম নীলকান্ত, সইদ চৌধূরী, ওইনাম নীলকণ্ঠ, ঙারীযান্বম নবদ্বীপ মথং মথং আউট ওইখ্রে ।অরোইবা উইকেট ওইনা মতম কুইনা শান্নবা তোক্লুরবা সনসম বিনোদ ইবেঙ্কলদগী ব্লাযরকপা বেট অমা পায়রদুনা শান্নবা থোক্লকই । মতাং অসিদা অশংবা অতিয়াদা নোংলা মাইগী পুম্নমক মুশুক মুনা মমশিল্লকখি । হন্দোক্কদবনা রান ১২ দমক ঙাইখ্রে । লাস্ট উইকেট সনসম বিনোদনা শংবানবা অতিয়াদা নোংনা কিন্থরক্কদবগুম হৌরক্লিবদু য়েংহন্দুনা অম্পায়ারদা চংশিল্লগা বেড লাইটকীদমক আপিল তৌখি । অম্পায়ার অনিনা তান্নরগা হাইলাকান্দিগী

কেপটেনদা বেডলাইটকীদমক শান্নবদু পোথারে হায়দুনা খংহল্লগা ট্রাম্প মথক্তা হাপ্পিবা বেলশিং লৌথোকখি ।

হৌজিক কনাদা প্রাইজ পিগনি লেপ্লবা ওমদ্রে । মণিপুরগী অম্পায়ারশিং কোক চুংশিন্নে । অমত্তা ওইনা প্রাইজ পিররোইদ্রি হায়দুনা লেপনৈ । 'মেন ওফ দি মেচ'দি কনাদা ? কাছাড় টিমগী ওইনাম নীলকণ্ঠ, কৈশাম মংলেম্বা, হাইলাকান্দি টিমগী বীরেন লাইশ্রম, সুব্রাম । খনফম খংদে । সিমনা হেল্লি , সিমনা তাই হাইফম খংদে । মসিমসু তোক্লসি । পুন্নমক তকসি শোল্লি । অচুম্বা পাম্বা শান্নরোইশিংনা থেমনৈ, - 'ঐখোয মশেল নুংশিনসি । করিসু লৈতবা শান্নবা অসিগী প্রাইজনা মরম ওইদুনা ঐখোয় মশেল শাওনবা যাদে ।'

-------------

# অইবগী ব্রত

ব্রত হায়বসিগী অশেংবা অর্থদি নিংজদুনা পাংথোকপা থৌরম হায়বনি । অদুবু অসিগী অর্থদা নত্তে ঐনা পুজরিবসি । ঐগী ব্রতসিদি চরা হেনবনি । সন্দেশ হায়রগা অফনুঙাই পাউ খংনদদুনা অহাও-অথুম্বু খংনবগুম । ঐখোয়না ব্রত হায়বসি থৈথখিদুনা বর্ত্ত হায়রগা হেন্না খংনখিবগুম তৌই । কনা কনাগুম্বনা মখল মখাগী ব্রত তৌই । অইবগী ব্রত হায়রগা অইবগী ইবা তোকখোকখিববু হায়জবা নত্তে । মরক মরক্তা নুমিৎ নায়না ইবা লেপ্লবুসু হায়জবা নত্তে । ইরবদি চরা হেনবা নংগনি হায়জনিংবগী ৱাফমনি । অইবগী ধর্ম-জাত থাইদে । থাগৎপা য়াবা মফমদা থাগৎলি । শিথবা য়াবা মফমদা শিথৈ । ঙাকপিবা লৈতে , লৈফমসু থোক্তে । কিরিবদি অইবশিং শিবা মতম য়ৌদনা শিদোক্কল্লি । মরমদি ঙসাইদগী হায়নিংঙিবা অইবগী ব্রতদুননি ।

সংস্থা মশিং য়াম্মনখিবনা নোংমাইজিং শংখিদ্রে । ছুটী নুমিৎনি হায়দুনা মিকুপ অমত্তা ইমুং-মনুং, অৱাং-অপা, অচেং-অকোম,অফ-নুঙাইগী ৱারী চিকথনা শান্নবা শংদে । মীফম অনিকা লোন্নে তৌরিবা । অদুদসু কনাগুম্বা নাম্বোকনবা মীদি কৈথেল কাদবা য়াদে, নোংমাইজিংদি ঐখোয় ইমা-ইপা শিবগী সোরাৎ ফাউবা য়ৈথোক্লে । নোংমাইজিং নত্তবদা থাদক্লরবসু কনাগুম্বনা তথি তখিনা - নখোয় ওঝাদৌনা ঐখোয়দি থবক লৈথোকপা য়াবা নত্তে হায়রিপোৎনি । চুম্নদি মচা লক্লদুনা লৈথোক্লবা কোঙ্গায়নি । লমফৈরোমদা লাক্লিবসি ফনা শাংলে । অমুক হনগদবসু তল্লে অদুনা খংশম ওইনা শমজিল্লগে ।

অইবা শিবা মতম য়ৌদনা শিদোকই হায়জখ্রে । করিগুম্বা শিখ্রবদি অফবা থবক [illegible] করি তৌরবগে হায়বগী বাহং অমা শোইদনা লাক্কনি ।
অফবা থবক খরদি তৌরে হায়না খল্লবসু করি অফবনো হেক হায়বদি হায়ফম খংদবা, খন্বদা মম্বা ৱাফমনি । অদুবু অমদি হেক্তা হায়হৌরগে ।

নুমিৎ অদো নোংমাইজিং নুমিৎনি । মদুমদি কাউদ্রি । থৱানথাগীনা

থামৈ, লম্বী খোঙনা ফত্তবদা গোপাল ভাড়গী লোম্দাদা হায়রবদা -খোংকাপ অমা কাল্লগা নাম্ভুদুনা অনি হম্বা হায়বদু হেক থোকই । খুৎ নাম্মনা পে পায়দুনা সাইকেল থৌবা ঙম্বগী ৱাফম লৈতে । য়ুমগী কাংবুনা থৱাই য়াওমল্লি হায়দুনা শাওই । অতাবা মীনদি কতল্লাই চুই, চাবা ফংলোই হায়নৈ । অদুবু ঐখোয় মঙাদি শোইদনা চৎসি হায়নদুনা চৎমিন্নে । চাককা চাজম্বা নংবা নত্তে । চা-দুসু ওহোক্লা ৱানা হায়জদুনা লোলহল্লগা ফু-ফা খরা নংবোই নংদবোই থকচিল্লগা মী ঙাহ্নিরম্মগনি হায়দুনা সাইকেল থৌদুনা চৎখৎলি । বীরেন লাইশ্রমনা হায়,- তাচৌনা চাক হাপ্লম্মুরা হংলকই ? অদুবু হাপ্লনু হায়দোকখ্রে । লাইশ্রম কূলচন্দ্রসু ৱানা ঙাইদুনা লৈরম্মে । অহল ওইথরকপা ফজফম লৈতে । সাইকেল অহন মী অহন মদুগী ফলদি হেক্তা তুং থংহৌই । বীরেননা শাওরকই,- করিনো ওঝা ! লৈহৌরগেরা ? মখোয়বু হেক তানখৎলি । ওঝা বিনোদসু ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী । লৌৱাৎ য়ৌবদা নাওরেম রাজেনসু ছেদতা ফম্মদুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরম্মী । অফংবা ডিলাক্স অমদা কাখৎলে । খেমা য়ৌরে । ঐদি চাক চারুবগীদমক শিলচর য়ৌনা চৎনিংঙি । চাক চাদ্রগা পথবী লাইহৌ তৌগল্লি । চাকলাইদু হৌরক্কদ্রসিনি কিরিবা ? বীরেননা থেংলগা নুঙাইররোই হায়দুনা খাম্বদগী ঐসু অদুম কুম্থমিন্নরগা তরণীগীদা চংমিন্নরে । মাগী নুপীনা চা লোহোরক্নুনা থকমিন্নরগা আসর মফমদা ময়াম চৎমিন্নরে । লাম্মী হায়দুনা করিগুম্বামা চাগদবসু ইদোম চাবা য়াদবনিনা থিবোংলাও তাগদ্রা খন্দুনা য়া চিক্নুনা খাংশিল্লে । লাইবক ফরিবসু অহান্বদা ঐগী মিং মাইক্তা লাওথোক্নুনা কৌরকই । ফনা চহি চৎচরবসু, ইরৈকায়দা ফনা ঙক হায়গৎচরবসু মীহুনসি খরা চেনগা চেনগুমনৈ । সোমদা গাড়ী ঙাইহাক্তা চেনবগী ঙরং ঙরং, মাইক্কী কোরোক কারাক, তুৎ-তাৎ মখোল মরক্তা ৱারীদু লকক্ লকক্ পাবদু ঐ ইশানা য়াম্না পেঞ্জখিদে । চাক্লগা লাম্বনে । বীরেনসু ময়াম্বাগীদা চংলগা চাক চারুবা য়াবনি । ময়ামগী মাইয়েংদুনা চারবা ঙমদ্রে । ৱারী শৈরেং থীবা লোইদুনা নৈনবা হৌখ্রে । ঐখোয় থেংলনি হায়দুনা হাইলাকান্দি য়ৌগদৌবা গাড়ী অমদা কাখৎলে । হাইলাকান্দি য়ৌরে । মমখিবনা, নোংসু পিদ্রি-পিদ্রি লেপ্তুনা চুবনিনা গাড়ী অমত্তা চৎলরোই কন্না মুক্নুনা লৈখ্রে ।

উচিন-নাচিন্না মিনিবাস অমা মীকোক্তা লুপা তরা তরা তৌদুনা পিরগা আমালা য়ৌনবা চৎলে। অদুদগী সাইকেলদা মতেক থৌ মতেক ইন তৌদুনা য়ুম মাইকৈ তম্না চৎলি। ওঝা বিনোদতি নালুবাক মপা য়ৌবদুনা লমখাইদা লৈহৌরে। অসুম সাইকেল থৌবকপদা লৈফুৎতা নমশিন্দুনা ঐ খুনা য়েদুনা তুশিল্লি। মীৎ-না মমদুনা লাউখি,-ঐগী খুকউ কাং কায়বে। ময়াম জুরু জুরু চেনশিল্লকই। মৈ কাপতুনা য়েংনববু কাংদি কায়হৌদ্রে। হুবাৎতুনা ঈনা ঙাঙশং ঙাঙলম্মী। য়ুম য়ৌবগা তুরুবগী ৱারীদি কনাদসু তমদ্রে। যাম্না নুঙাইবকই হাযদুনা তম্মী। নোংঙাল্লগা ইচানুপীনা ফী শুবা পুথোক্লগা কদায়দগীনো তোৎলক্লিবা ঈসে হাযদুনা ঙাংখিবা তায।

ঙবাং কবি নুমিৎনো য়েংঙুবদা নোংমাইজিং, একাদশী হাযদুনা কেলেণ্ডাবদা ইবম্মী। অদুদি ঐ একাদশী অমা ব্রত তৌখ্রে। ফল যাম্না চাউনা ফংবা তাবি হাযদুনা ফাগীদুম তৌই। ফলসু হকথেংননা ফংখি। চযোল অমা খোঙ শেকনা শেকনা চৎলি। ইশা অসি হাফোই হামচৎননা তুশোন মানশোন্নখি।

খবনিগী মতুংদনি। চাউবাক্লা থাখাযবোম হাযগদ্রা ? ডাযেবী ওই ৱাবী ওই অযুক ৱাকিং ঙাইহাক চৎলু বগী হঞ্জিল্লরুগা ইশিনহৌগে, কুইথঞবদি কাউখিবনা হাল্লনি হাযবদুনা চে কোলোম পাযবদুনা মুক্তুনা ইনবা হোৎনবি। কাউসু ফনা যাম্না কাউবদ্রে। ঙাইহাক ঙাইহাক উংলদুনা নিংশিং নিংশিং ইবনা মতমদি চেনশিনখিবা মফম মবাং অমত্তা থংহৌদে। অসোমদা চিনসু শেংদ্রিবা ঐঙোন্দবু চা লোইবে থক্লবো হাযদুনা অমনা ঙাইহাক লৈতা যাক্লা যাক্লা যাকপু কৌবকইবা। ইমানা সোমদা অইবগী সোবা শোনখ্রে, মচিনদু চান্নবা পুরুকশৌবীদুমঙাই শৌখ্রিবা। মরক্তুদা খোংসু কযা হামনিংলক্রে। ফম্ফম হেক হোংবদা লোইনমক হিংজ্রোং-কাইজ্রোং তাখিগদৌবনি। ইবিবদু কাবক মপান খোপ্লকপদা পুং তবামাথোই তাগদৌবদ্রে। য়ুমগী টেলিফোনদু খাক্লা খাক্লা খিংলকখি। ইকুজবা চৎকে তৌরম্বা ঐনা তাপ পায়খৎলুই। 'হেলো'।

তল্লেদা সত্য। হৌজিকপু ডি.আই. বাবু স্কুল ইন্সপেক্টর তৌবা লাকই হাইখ্রে। চিল্লবদা শিংচেপ থায় হাইবদো হেক তাইদকো। শেৎলম্বা খুদৈদুগী

মথক্তা খোংগ্রাওদু তনশেং শেংচিল্লগা সাইকেল কল্লা থৌদুনা স্কুল কাখ্যলি। ওফিসকী শো-চাবী হাংবগা মনুংদা ঐগী সহি ৱাংপা য়াওৱা শোইদবী য়েংথোকই। লোন ফাওনদবনিনা অঙাংশিংদা ৱাহং খরা হংবদু ঐনমুক মখোয় খংননবা হন্দোকপা মথৌ তাখি। পাউ ফাওনবা ঙমদবনিনা অহংবসু অখুম্বসু লোইনমক ইপং পংনখি।

খাংজিন্দুনা লাকখিবা ঐগী পুক অসি উরু-রু মরৈ-মরৈ তাখৎলকখি। নুংশিৎ অমত্তং চপতুনা থাদোকখিববু ইশাদি খরা ৱাই শংঙি হায়ববু মাইগৈ 'দুমদি মনম্না লৈবা য়াদ্রে। অঙাংশিংদা শাউনা হংশিল্লি,- 'কনা কনা নুংশিৎ খাইরকই হা?' ডি. আইবু, - 'স্যার! অঙাংশিং মখোং চাদবা য়াওরে।' অসি হায়দুনা হোটেললোমদা পুরে। খাংবা য়াদ্রমালে মহাকসু চৎসি হায়দুনা ঐগী ইতুং ইন্দুনা লাকলে।

ইকায়বমা য়াউনা ওঝা মচানা স্কেল পায়রদুনা ,- 'কনা নমোই থোকইহা ' হায়রদুনা মথং মথং হংবা হৌহৌই।ঐনা নোকফেৎ হন্না য়েংলম্মী।

হোটেলদগী ঈশিং গ্লাস অমা লৌরগা ফু-ফা মিৎ-মাই চিন-য়া তাথোক্লে অদুগা চা থকমিন্নরে। ডি.আইনা ঐবুসু গাড়ীদা কাখৎলো, মাগা স্কুল অমা-অনি চৎমিন্নরুসি হায়বদুদা চত্তবা য়াদ্রবদুদা ঐসু গাড়ীদা কাখৎতুনা চৎমিন্নরে। পুং মরি তাবা দুৱাইদা ঐবু থাদোকপিরকই। য়ুম য়ৌনা লাকপদা নুমিৎ তারি তারি তৌরে। ইরুজা মাইথরগা চাখুমলোমদা ওনশিন্দুনা হংলুবদা চাকশা ওইনা চারো। অঙাংশিংনা নুংথিলদা চরা ৱানথোকখ্রে। কুইররোই লোইরনি হায়রক্লে।

চংশিন্দুনা ফকলাংগী কেলেঙার য়েংলুবদা নিংথৌকাবা একাদশী হায়দুনা ইরম্লে। শাউবসু ঙমদ্রদুনা, ঙসিসু ৱ্রত অমা তৌখ্রেদনা হায়দুনা তুমিন তুমিন্না থিক থিক নোকখি।

--------------------

# লান্ন-লম্বী

নহা ওইহ্রিঙৈদগী লাংবদা মমিং লৈরবা লাংবঞ্জাউ , নুপানা নুপী লোনবা, নুপী লোনবা নুপা, নুপীবু নুপীনা তাখিনা তৌবা, নুপীবুতা থীনা তৌবী নুপীবু উরগা যাম্না শাওই । মখোয়সে অমাংবা চাবগা,অমাংবা চাজরগে হায়দুনা শিনবগা চপ মান্নরবনিনচিংবা অখিবা ব্রাহ্মেশিং খিরা খিবগা মদু কয়াদুনা লৈতেং ওইবা খোন কযা মচিন্দগী চিনফেন ওইনা তাবা ফংঙি । মহাক্না নুপী লোনবসিবু নুপাগী পুক্নিং ব্রাবকপা ঙমদবা, অউ-অউবতা অনৌ-অনৌবতা পাম্বা চিলহাউ খিগব্বা অনাবা লাইওং মখল অমনি হায়দুনা থাজে । অদুগা নুপী লোন্নবীশিংবুনা অমুক্কসু কাম্না, কামনা লুপহৎলবী মীগী নুপী লৈববা নুপাদা শক, লণ, অমসুং অতোপ্পী ওইবগী কেথজকবা ফংলুগনি অপাম মীহৌগনবী কেথবীনি হায়বি । মহাক্না খঞ্জবিবসি চুন্নবসু নম্বব চামদা চাম ফংবা যাবা ব্রাখল অমসুং ব্রাহ্মংগী পাউখুম নত্তে হায়বদু পুন্সিগী যাচংলক্লমদাইদা ফল ফল্লাউনা তাখি ।

ঙাংবম ঙাংবী ঙাংবদা ঈশিং লিত্তবী অঙাংবা শেৎলগা মমি যেংদুনা চৎপীদো লাংবঞ্জাউগী নুংশিগী লাংদা থুদুনা মমা-মপানা চাউনা শিঞ্জ-লাংজবা লুহোংবা কাযখি । চহি মঙা, তবা, তবামঙা যুম পানমিন্নবে 'দুবু মমিৎতা তিন মচা অমত্তা উবা ফংদবে । ঙাংবীনা ঙাংঘা পুবদুনা ঈশিং শোকপা চৎপদা অঙাংশিংনা ঙাংঘা তম্না নাউবী কাপশিল্লকপদুদা ঙাংবীনা শাউদুনা ঙাংবদা অঙাং তাখিবা তাবগা অতাবা মীনা, খোন্দা অসিনা ঙাংবীগী অঙাং ফংদবনি হায়না থাজনৈ ।

ঙাংবীনা ঙাংবা ব্রাঙাং মতেক অমতং তাহৌবরু , - 'নোইগুম্বা অঙাংবু পাম্বদি থম্বু থম্মদনা ঙাংঘানা থক থক শুদুনা হাৎনিংঙি ।' ঙাংসু ঙাংবনি ঙাংবী অঙাং লৈরোইদৌবি ।

লাংবঞ্জাউগী মমানা মমাই মম্না পাখৎচৈ । হৈ অমা,লৈ অমা কৎলক্লবা, মখোয়গী লূ খুল্লক্লবা লূকোকপা অমফাউবা লিংখ্রবা যুমসি যুমলিংনবা

হায়দুনা । মচাগী মমৌ অতোম্বী অমা খিননবা খুম্বক-খুনখা হুম্খদুনা হুম্মকই । মশক ফজবা থিদে , অওং-অউন পামদে । মানা পামজরিবসি অঙাং য়ামনা পোক্কম্বী মমাগী মচানি । অদুগুম্বা ইমুং অমা থংনবা খুন্দা খেংনক্করে । লাইরবনা পৎ তৎপা , মচানা হিক্কু থুবদৌনা কোকখোং অমা, মতুম মতুম তরা মাথোই । মিংনা ফজখ্রিবা, মণিমতুম, মুক্তা মতুম, তম্ফামতুম, সনা মতুম, মণিসনা, মুক্তাসনা, তম্ফাসনা, মতুমসনা, মুক্তামণি, তম্ফামণি,সনামণিনচিংবা । চান্নবা মণি মুক্তাগী পরেংনি লেংখ্রিবা । চামন্দবনা হামচংনরবদুদা মখুৎতা হামদুনা লৈরুদৌবনি হায়রদুনা শিম্বীহৈবনা শিল্লক্লবদা কদোমদগী শোইগনি । চহি তরাতরেৎতা শুরকলিবী তম্ফাসনাবু অপোকপী মমামক্লা নুঙাইজরুনবা শিন্দুনা লাংবঞ্জাউদা চেলহল্লে ।

ঙাংবীনা ক্লা ঙাংশং ঙাংনা চারগা ঙাংগদবগী ফেংদুনা ঙাইরম্বদু পুকফাহৈবী মনেমনা মপুকফাবা ৱাহৈনা ফাজিনখি । ঙাংগল্লবসু ঙাংবী নোংদম্বগী নোংদমনি খন্দুনা খাংলে ।অদুবু খাংবগী পল লাল্লকপা মতম তাঞ্জা থোক্লক্তবদি নত্তে । নুপী অনিগী পুক্লিং ফাথনবগী অনৌ অনৌবা বিদ্যা লৌশিং পুথোক্লবা হোৎনবদা লাংবঞ্জাউ মকোক শংবাইমুক চাউবে । মীনদি ঙাংনৈ, নুপী অনিগী চিংথোক চিংশিন, কামথোক কামশিন্দা লাংগনখ্রবা লাংবঞ্জাউ উংঙ উংঙদুনা ফমদোক্কুনা লৈরে । মবাইবক্লা ফখ্রিবসু মাগী অতোম্বীসু অহলসু অনিমক পুল্লপ হেক । অহল ঙাংবীনা নোংদম্ববু ওহোক্লা ৱারৌখ্রে । নহালনা অসুম্না ওইরবদি অনি লোম্বগী মখৌ তাবম্মোইদবনি । অতোম্বীনা খল্লি,- মবেম্মা ঐ লাকপদগী ইচেসি মরাইবক ফজরে । অসিগীসু ৱা ওইদুনা লৈকায কুম্মে ওইথোকই । লাংবঞ্জাউনা অমুক্তং ওখোংনা কপথোক্লবদি পেনগনিদা হায়দুনা শোল্লপ্না শোল্লি । শোঞ্জবনা মখৌ পাংবদি য়াদবনিনা থোইদৌ ফাথনবা ওঝাগুরু থিরকই ।

লাংবঞ্জাউগী মমাদো মশু অনি [illegible]

অহান্বদা হরাওরম্বদু করিনুংগী হায়বীদু য়ৌরে । অমা পোরগা অমা পম্বা, নত্রগা ওইদা অমা য়েৎতা অমা । পিতা পিজরবসু চপ মান্ননা ইন্দবা য়াদে । লাইবক ফন্না হায়ববু মখুং ওইনা ইল্লি য়েৎনা ইল্লি হায়বগী [illegible] ৱাখল

**পোকতবদুনি । নত্রবদি মদুনসু অচৌবা ৱাখোক অমা ওইদুনা লৈকায় সরা সল্লমগনি ।**

খাম্মন্দনা, খেম্মন্দনা খামগদবা খেমগদবা তল্লক্লে । মসিদি খৌ ওইনা খৌজিন্দুনা হেন্নদুম হেনগৎনা শাওগৎহল্লগা চাংদুম য়েংলসিরা খনখ্রে । অদুবু নোংথক ওনখৎতুনা তিন শিংখৎলগা ইশাগী মাইদা তারক্লনি খংবনা মদুমক্তি তৌদ্রে ।অহল্লমন মনাক্তা ফম্মী,অখং-অহৈগা তান্নে । ঝাল, কোরতালতসু মপাচাবা চাদবা য়ৈবু য়ৈনরবদি নুংশিবা নুংশিদবা মাগী মখোল অমদি অসুমা থোকই । অদুনা অনি খিরুবদগী অসুম্না মখোল থোকপনি । মসিবু কবম্না লোইশিন্বা য়াগদগে হায়বসি মথং মথং খিরকপদা অপংবা ঐঙোন্দা থুংলখি । মহাক্না কুপ্না লিবদগী মহাক্কী ৱারীসি ঐনা মচাতানা খংলুবনি । ঐখোয় অনি মঙানি তরানি চঙনা কোক চুংশিন্নদুনা ৱারীসিগী ৱাতাই খিখি । অকোনবদা ওঝা তোংব্রাগী পথাপ শিজিন্নদুনা তোংব্রা য়েংসি লেপ্প্নরে । মহাক হরাওরদুনা চৎখ্রে ।

মচা অনি খৎনবগী হাক্কন চংনবদা নোংমদি মৌ অনিদু অমগা অমগা তুহৎনরম্মী । খৎনরম্বদগী ইন্নফিশিংদো তাপ তাপ খ্বাংদা য়েপশিন্নখি । চান্নবা টি. এন. এ.গী রেসলিং দুমঙই অনিদুনা সুমাংদুদা তৌনখিবা লানদু । লাংবঞ্জাউনা রেফবী ওইদুনা ঙাইহাক খামদোক খামজিন তৌরম্মী । পাঙ্গল শোল্লবনিনা খামদোকপা শেত্তোকপা ঙমদ্রে । তুমিন্না ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংলম্মগা ঙসিদি তৌবগে হাযদুনা ইমুংদা চংখ্রে । মখোয়দি ফুনবা হোৎনবা, মশমগা মশমগা পাযদুনা শেৎনবদা লাংবঞ্জাউনা করি তৌরিবগে হায়বদু উদে ।

লাংবঞ্জাউনা লাউরকখি,- ‘ খৎনৌ, খৎনৌ, নখোই পেন্ননবা খৎনৌ,ঙসিদগীদি খাম্বিনবা কনাসু লৈররোই, নোইগী নিংবা থুংজহৌরো ।’ তপ্না তপ্না লাংবঞ্জাউ শাইজিন্দুদা য়াম্বরকই । মাগী ৱাহৈদু তারগা ঙাংবী অমসুং তম্ফাসনা হন্না য়েংলকই । মশম পায়নরম্বদু দোক থাদোক্লরগা মফি মরোল মফম খংদনা উফুল ৱাইফুলনা ফিজেৎনরগা চেনশিনখিদুনা লাংবঞ্জাউগী মখোঙ অমনা নাম্মা অমনা নাম্মা পাযদুনা থাঙ্গৎলি । লাংবঞ্জাউনা ফ্রং ফ্রং কাউদুনা মখোঙ খাদোকহল্লি ।

অনিমক্কা মখোয়না মুন্নরিবা পোৎ অদু অরেম্বদা মাংদুনা মগু য়ৌখিগদবদু উরকপদগী মচীনখোক্কা,- ' ঐখোয় তৌজররোই , ঐখোয়তৌজররোই ' হায়রদুনা কপ্লক্রে ।

নুমিত্তুদগী লাংবঞ্জাউনা নুপী লোনবা, নুঙাই লাইরবা, শিবা-চঙবা পুম্নমকসিবু শিল্লিবা সিদবা নোংদম্বা অমা লৈ । পণ্ডিত চাণক্যনা মাগী সংস্কৃত নীতিশ্লোকশিংদা পিরিবা পাউতাক ময়ামদু চানৈকো হায়বা খংখি ।

----------

# হেপী বার্থ দে

ইকায় খুম্নজরিবা/খুম্নজরিবী ---------গী মফমদা নোল্লুক্লা নিংশিংজবদি লাকলিবা সেপ্টেম্বর থাগী তাং-১৭,২০০৫ ইং য়ুমশাকৈশা নুমিৎকী য়াইফা পুংফমদা ঐখোয়গী অমত্তা পোকচবী ইমোম সনাবীগী হেপী বার্থ দে পালোন তৌজগে হায়দুনা থৌরাং তৌজরি । ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব, অহল্লমন, লাইগুরু, ইপা-ইপল, ইমা-ইন্দোল, মরূপ-মপাং অমসুং ইচে-ইচলশিংনা নুমিৎ অসিগী য়াইফা থৌরমসিদা লুকলেন ফংবিরবগা লোয়ননা নামসঙ্কীর্ত্তোণ শ্রবণ তৌবিরদুনা পাংথোকচগদৌরিবা থৌরম অসি মপুং ফাহনবিরনবা নোল্লুক্লা নিংশিংজরি ।

চেনা বার্ত্তোঞ্জবগী ইরাল মার্জনা তৌবিগনি । লোইজরে ।

বার্ত্তোঞ্জরিবা

| | |
|---|---|
| লাইগ্রম খুন | শ্রী নেগ্রম নেপোলিওন সিং(মপাবুং) |
| তাং-১২।০৯।০৫ইং | শ্রীমতি নেগ্রম ওংবী ভৌবী দেবী (মমা) |

কয়াদি ইনখিনি । কয়াবু লিখিনি । ফাওরা ফাওরবা অইবা কয়ানা ইখিবনা ৱারী লিশিং লাখা কয়া শুখ্রে । মীঙোন্দগী হুরান্দুনা হন্দোক্লগা মশাগী ওইশিল্বা, মমিংদুতা ওয়্যোক্লগা মানা ইবনি হায়জিনখিবা, খজিক্তং মওং মান্নদনবা শেমদোক্লগা ইশিনবা, মীনা লীরক্লগা ইশিনবা, মীগী মতৈ-মনাও খৎনবা মথৌ ওইনা তারগা ডাইলোগ হাপচিনবা, মপা-মচা, মচিন-মনাউ, মনি-মমৌ উংখৎনবা, লাইরবগী পুন্সি, নুঙাইবগী পুন্সি, ময়ায় ওইরপ্পা পুন্সি, চায়াম পোকপগী,নুপীঙক্তা পোকপগী, অমত্তা পোকপগী,অমঁফাও পোক্তবগী, পোক্লগা লুনা তৌবগী, তাখিনা তৌবগী, ৱারকপা ইনবা-ইন্দবগী, লুনা তৌমল্বদগী মচানা লুতোন কাদুনা খুদোংচাবা লৌরকপগী, মমা পোক্তবীগী, মনেম ফত্তবীগী, য়াওং ইনবগী, মচা-মৱা লংথোক্লল্লগা অতোপ্পা নুপাদা চেনখিবগী, লোন্নবগী, নিংবা

কয়বগী, থাজদনা মায় পাকপগী, তৌবিমল খণ্ডবগী, তৌবিমল খণ্ডবগী, শাবী-শানৌ নুংশি নুংওনগী, অসিগীসু মখক্তা তিন-কাণ্ড জীব জন্তু কয়াগী অপেনপেন্দবা কয়া মালেমগী চাওখৎপা চাওখত্তবা লোন কয়াদা অফাওবা, ময়ায় ওইরপ্পা ফাওবা, সুকফাও ফাওদবা, সুকফাও ফাওররোইদবা অইবা কয়ানা ইথ্রিবশিং শিংথাবা ঙম্ররোই।

ঐগী ঙসিগী ৱারীসিবু তীরগী নম্বর শেম্বীগনু, ৱারীগী মগুণ চমগনি। অদু ওইরবদি ঐ ৱারীসি লিররোইগে। নম্বর শেম্মোই হায়রবদি লিরগে। হাযদোকখ্রবা ৱাদি ঙাক্লসিকো।

ঐখোযসে মঙবু তশেংনা মঙফাউনবা জাতিনি। অদুঙৈ ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাউদা শামু ফাঙৈদা মঙখিবা মঙ অদুনা ঙসিদা পরেং লেংঙদুনা ঐখোযগী পুন্সি পরিং লান্ন-লম্বী চখরি। ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনা শিলচর মালুগ্রামদা দরবার লেঙকপদা মঙখিবা মঙ জিলা দরবারগী জাহাজ কাখৎপদা প্রমাণ ফংখি। জননেতা হিজম ইরাবোতনা সিলেট জেলদা মঙখিবা মঙ শিলচর ইটখলাদা মঙফাওনরি। ঙসিগী নহারোলশিংনা মঙজরিবা মঙসিবু ? নুপী অঙাং যাওনা তীরগী নম্বর শেমদোক্লুনা মাঙহল্লোইসি। অদুননি ঐনা ৱা ঙাক্লসি হাযজবিবসি।

ঙৌবী নেপ্রম ওঝা নেপোলিওনগী নুপীনি। মমিং ঙৌবী কৌজবতগী ৱানি, মকোককী মশমদা কাপ্লকপা পোকক, অচৌবা মযাগা নত্তনা অঙৌবা মচেং অমত্তা উদে। চহিসু ওঝা নেপোলিওনদগী খজিক লৈখৎলি। মপামগী লন-থুমদি পৈদুনা লৈখ্রবা জাতনি। অদুনসু ওঝা নেপোলিওননা ঙৌবীগী মঙক্তা কুন্দো পরেং হুকলুবনি। নৎলমদ্রবদি হৌজিক ফাওবা নিঙোল কাগী লৈতেং ওইরমখিগনি।

মখোয় মতৈ-মনাওগী মচা অমত্তা লৈজদে। লৈবগী মওংসু উদ্রে। চহি লৈশিল্লকপসিদা ওঝা নেপোলিওননা নুপী অতোম্বী অমা থিগে খনবগী ৱাফম নোংমা ঙৌবীদা ফোঙদোক্লুই। লিকখ্রবী ঙৌবীনা নুমিৎতু খাঙ অমা লংখাইদুনা থুগাইখি। লংখাইবা নত্তে খাঙদু ফেংলম্বদগী ৱাদু তাবদা শাওমনখিবনা ওঝা নেপোলিওন তম্না লংঙকপনি। লাইবক ফবদগী টি. ভি. য়েংদুনা লৌরিবা ওঝা নেপোলিওন অমদি কলাব টি.ভি.দা পালহৌদে।

নুমিৎতুদগী ওঝা নেপোলিওননা নুপী অতোপ্পীমা থীবগী ৱাখল থাদোকখি। চাবিনবা লৈতবনা অমদি লিকচবনা লনদি কোকফাই কারকই। ওঝা নেপোলিওননা মিনশেন য়েংদুনা খিত্তুং কেবা, ফি অহন্নমা তুবকপা যাদে। নুমিদাং য়াচংবগা নোংফাদোক হঞ্জিনহৌদ্রবদি কুপহং হংখিবনা অহিংদু তুম্না ফংদে। নোঙমগী অহিঙ অমদা খৎনবমখৈ খ্য়নরগা থেঙনা তুমখখি।

ঙৌবীগী ফৈজুপ মনুংদা লৈকায়গী হৌদোং হনুবী অমা লাক্কুনা মচা পোকশিল্লরে। মচা পোকপদা হনুবী ওইবনা নাউফম চাথোকপা ঙমদনা শিখ্রে। চি-চি লাউবা মখোল অমা তাবদগী ঙৌবীনা ফৈজুপ হাযদোক্কুনা য়েংলুবদা অঙকপা ফিভমদু উরে। ফিংনা মপুরোইববু হৌদোরক্লে। হৌদোং মচাদুনা ফজবা নাউফমদুনা কৈদৌবা ঙাইহাক কোক চুংশিন্নখি। হৌদোং মচাদুবু ঙৌবীনা কোনখ্রে। ঙৌবীদু মমা ওইবগী ৱাখলনা থুম্মৎখ্রে। মৈনিং কুনখ্রে। ওঝা নেপোলিওননা নোংঙানবগা মপী অশিবদু পুদুনা ফুমজিল্লুরে। নাউফমদু কবম্না থৌনিরগা থমগনি মাইবা-মাইবী থিদুনা হোৎনখি। হান্নগী লৈজবগা লনকাবা হায়ববু পেরে থোকএ।

ঙৌবীনা মচাবু চাউনবা য়োকপদা তৌখিবা যতন্ মীনা পংঙম ঙমলোযদবা মওংনি। নোংখি নোংমংলে লোক থুংগনি, নুংশা শাবে কুচু মুগনি কিজবদগী মচা সনাবীবু য়াম্না চেকশিঞ্জে।

সনাবী চাউবক্লে। চহি ফারক্লে। নুপীগী চক্রিনি। ওঝা নেপোলিওননা মচাগী বার্থ দে তৌবগী ঙৌবীনা পামজবা মওংদা বার্তোন চে নম্রদুনা য়ুমথোং খুদিং থুংনা য়েনখি।

মীযাম্না ঙাংনখি,- পৈশাবু লৈববদি তৌনিংবতা তৌবা য়াবোইরে ? মখোযসিবু ঙাউবন্না হায়নবা খবসু যাউবি। খম্নবা অহল্লমনশিংনা,- থৌদৌসি মপা-মপুগী সদগতিগীদমক তৌবম্মবদি য়াম্না ফজবমগদবনি। তৌরিবা কর্মসিসু অফবনি। অন্নদানদগী অহেনবা দান, কলিদদি নাম সঙ্কীর্ত্তণ শ্রবণদগী অথোয়বা ধর্ম লৈত্রবনি হাযনা শোন্নে।

বার্থ দে নুমিৎ অদুনি। সুমাঙ-মাঙ্গোল, মাঙোব থুংনা মীগী মী ঙক্কুনা থনখ্রে। সঙ্গোলদা বামোন মবি/মঙানা থোং-থাকপা হোৎনবি। ওঝা নেপোলিওননা ইমুংদম্মুক, মাঙ্গোলদমুক, মাঙোবদমুক কোইথুং থুংনা

চেন্দুনা লাউখোংঙদুনা শোইদনবা হোৎনরি । সুমাংদনা বার্থ দে গী কক্লনবা কেক অচৌবদো নিঙোল-মচাশিংনা য়েংনা য়েংনা শাজায়রি ।

ওঝা নেপোলিওনগীবু মচা লৈরনে ? পোকই হায়বগী পাউবু ঐখোয়দি তা-বু তাহৌদেনে ? অলাপ্পদগী বার্তোন ফংবা অহল্লমনশিংনা লম্বী লাকনা লাকনা অমনা অমদা হংনৈ ।

কেক কক্লনবা থৌরাং লোইখ্রে । মোমশিং চুখৎখ্রে । ঙৌবীনা সনাবীবু পম্মদুনা পুথোরক্লে । তিল্লিবা মীয়ামদু পুমঙক ঙকনৈ বার্থ দে অদু হৌদোং মচা অমগী ওইরম্বদুদা । শ্লেট-পেন্সিল, লাইরিক পিবা পুরকপা কাঙবুদি খরা ইকায়নৈ । সনাবীদু কিখিবনা মমাগী মথাদগী চোংথদুনা চেনখিগদৌই । মমানা কামদুনা মোম পুম্নমক মুখৎখ্রে । ময়াম্না খুবাক ৱোপ ৱোপ খুদুনা শক্লকই,-'হেপী বার্থ দে টু সনাবী ।' খঙদুনা সনাবীদো চোংথদুনা য়ুমদা চেনশিনখ্রে ।

খুবাক কন্না খুরকপগী ঙৌবীনা ময়ামদা শাউবনা লোইখ্রে । ময়ামসু শাউই, নোক্লবসু য়াওই মতৌদুদা । ঙৌবীনা অমুক সনাবীবু ফারুদুনা পুরকই । হামুক-হানাই মরক্তা চংলুরমালে মুশিন মুরক্লে । সনাবীগীদমক মমা ঙৌবীনা কেক ককলে । মপাদা ইনবিরে । সনাবীদসু ইল্লে, মাসু চারে । পোৎপাং ময়ামদু কাত্তুপ অমা পিক থল্লি ।

সেবাবীনা শৎ শৎ তৌদুনা ৱান টাইম চালুক থাখ্রে । অঙ্গাশিংনা চাক-এঙ্গাং মথেল সুনা যেনখ্রে । মথেল তরামাথোই সুনবা বাতি, গুল্লাসু যাউরি । নুঙাইবনা তৌবা থবক্কী খমথেংনা ফজরে । ঈশিং য়েনবা থুংবগা ওঝা নেপোলিওননা খুরমদুনা অহলশিংদা হঙ্গৎখ্রে । গ্রুং নংহৌররোই মতাগুম ফুজিল্লক্তুনা ৫০০ হেন্না থারিবা চালুকতো মী হাঙদে । পুং অমা হেন্না তাশিল্লক্লবনিনা ঙাইহাক অমদি চেক-মোক লাউনখিদে । মিনিট ২/৩ রোম মতুংদদি তং তান্নরবনিনা মীনিন খরা খরা থোক্লক্লে । থুমথাক চায় চাদে, চাক থৈ কন্তে, করবা থুনগী করম্বা বাঝোমা থোংবা হে হেন্তে; সোমদা অদু পুরকউ, অদা ৱাৎলে । বামোণ ৪/৫ দো মমৈ মকোক হেক খংদে । বাতি, গুল্লা, সঙ্গোমখের থুংখ্রে । নহা খরদি খুজাইদা মখুৎ হামজিল্লগা পাকথ-পাকথা থোকখি । লৈকায় লৈকায়দা মসি য়াল্লা চৎনরকই ।

হৈ য়েল্লগা পরিবেশন সমাপ্তি লাউখ্রে । ময়াম ৱাংখৎনরসি হায়দুনা হৌগৎনরে । শেংজিনবা নহারোলনা ফৎ চংশিন্দুনা হোৎনৈ । ৱাই তৈথোকই । ফক কোয়না থাখি । মাঙ্গোলদা অৱাংপা চিংখহৌবাশিংগী চালুক থাদুনা হোৎনৈ ।

ফম্নাইবশিং মথং মথং রসজ্ঞ, বৈষ্ণব, সম্ভাষা, মুক্তিয়ার, ইমা-ইবেন ভাবোকশিং মফমচানা ফমখ্রে । লৈ-চন্দোন, মন্দির পূজা হৌনবী পুম্নমক লোইরগা পালা লেপলে । কীর্ত্তোণ মপু, রসজ্ঞসু লেপলে । মোইবুঙ খোংদুনা সিগনাল পিরবদা কীর্ত্তোণ মপুনা,-'বলহ্ প্রেম শ্রী কহো' হাযদুনা ফাইনেল হুইশেল খোংখ্রবদা পুংযৈবা অনিনা - 'তোং তোং তোংদোতা' হায়বদি কীর্ত্তোণ হৌরেদা হায়দুনা হৌগৎখি । তত্তনা তারিবা, -'তা-বি-ত-ত-না' হায়বা ঈশৈনা ঈশৈ শকপনা হৌদুনা ঙাকপিনবা গুরুবন্দনা, বৈষ্ণব বন্দনা তৌখি । ঈশৈ মথং মথং লৌথদুনা ঈশৈ শকপগা দুহারগা শৈদান্নবদা, দুহারগী চোলোমদা অহল ওইরবা দুহারদো শদৌ খোংঙি । ঈশৈনা,-'বাঁশিনা ৱাথোক ওইখিবা, চৈশুনা লমন শিংলিবোইদো ।' পংতক তাবা পুংযৈবনা মওং অসিদা কোবতালনা য়ান্নদুনা লমন শিংনববদি কীর্ত্তোণ কাযনিকো খন্দুনা ফুগ হৌগৎলগা মযায় শম্না চেন্দুনা পুং যৈখৎলি । পুংলোনদি,- 'তাতাখিৎ তাতাখিৎ তাতেং, তাতাখিৎ তাতাখিৎ তাতেং তাতেং ।' শাওবিনু, শাওবিনু তাতোন, শাওবিনু শাওবিনু তাতোন তাতোন । পুংগী মেন অমা থাখি ।

কীর্ত্তোণগী বস চুপ্তুনা নুঙাইবা ফংবা মী অহল্লোন্দা ফাওবা য়াওশিল্লকত্রে । নুমিৎচুপ্পা না মনাক্তা হৌনা হৌনা থাবক্পা,-' নঙগী মিৎচি খৎলক্কনু, ৱাখল ইলাং লাংঙিনে ' অদুগুম্বাদমক তাবদা হৈনবক্লে । অতদায় লেংবা যাদবা ফম্নাইবা খবতমক ঙাযহৌখি । ভাবোক যাউদ্রবা সঙ্কীর্ত্তোণগী শৈশকপশিং পংশাং শাংথখিদ্রে । লোইশিনখ্রে । অহলশিংবু দক্ষিণা তৌখ্রে । মকপ মপাং লোইনা বিদায লৌখ্রে । পোৎপাং মযামদো মতৈ-মনাওনা লোইশিনবা হোৎনরি । নুঙাইবা ৱাখলনা মুনখিদুনা সনাবীবু নিংশিংখিদ্রে । নিংশিংলকপা তাঞ্জাদা যুমগী কাচিন কোযা যৌনা খিবে । শুকফং ফংখিদ্রে । বার্থ দেগী দমক্তা সনাপীগী মঙক্তা সনা মুহোব অমনা

শাবা মেডল অমা শিবিবনি । মদু পামদুনা কনাগুম্বানা ফাদুনা পুরম্বা তারে খম্বদা ঙৌবীনা মচাবু কৌদুনা থমোয়শোক্লা হিক্লা হিক্লা কপ্লকই । ফন্না কুইনা কপ্লে । পিনা পুমচোৎ চোৎলে ।

ওঝা নেপোলিওন ঙৌবীনা কপ্লিবদু তারদুনা,- ' তারিব্রা ? তারিব্রা নঙবু ?' হায়দুনা কন্না কৌই । তাদে ।

খংইন্ ইন্দুনা হৌদোকই । ঙৌবী খংপ্রেক খংখি । মতিন থু-থু শিৎলগা লাই শোল্লকই,- 'বিষ্ণু, বিষ্ণু ! ওহোকপা মঙবু মঙিদা' হায়দুনা তিংলি য়াংলি ।

০০০০০০০০০০০

---

☐ তাবু নুংদগী /৩ সুব মশিং / এপ্রিল ২০০৫ দা ফোংখ্রবা ।

# পা-খঙবা

অঙাংশিংনা ৱা-ৱা নিল্লকই। করি তৌরবগে য়েংখিবদা থিংনাম নাতুম লাকলম্মী । থিংনাম নাতুমবু ময়াম্না ইপু নাতুম হায়না খংনৈ । অঙাংশিংনা লাংবগী মরম - মাঙোন্দগী ৱারী তাগনি হায়বগী ওইরম্রে । 'ইপু ৱারী অমত্তা লীয়ুবা ' হায়বসিনা নিনখিবনা চান্নবা বুদুলাউবীগী মতুংদা ৱাক ইম্বদুমঙাই । ময়াম্না নিল্লিবসি মহাক্তি তপ্না খজিক্তং তারমগনি । ঐনা ফাগী তৌশিল্লি,- 'নাতুমগী মনা তুমখ্রে । নখোয়না হায়রিবদো করিমতা তারম্মোইএ ।' হায়সু হায়বনি , মহাক অঙাংশিংনা অদুক কন্না হায়জরিবদু করিমতা তারমদে,শাউদুম শাউরকখি ।'করি চাগে হায়দুনা লাঙলিবনো ? নপা খোরাইমচাশা ।'

' ইপু ৱারী অমত্তা লীবিয়ুবা ।' অঙাং ময়াম্না অমুক্কা হায়জৈ । ঐনা মনা মনাক্তা তপ্না তংতানা হায়, -'অঙাংশিংসে ৱারী তানিংমালে ৱারী অমত্তা লীবিয়ু হায়যে ।'

' হে ! অদুগী ওইরে লাংঙিবসে । চা লোল্লু, ক্বা খাযযু । ঐবু ৱারী লিয়ু হাযরবদি ।' ঐসু যাউনা হাযরবদুদদি ৱারী লিযু হাযবা যারে । খংদে মহাকসি কদাযদগীবু তাদুনা হৈরিবা ৱাবী লীবা যাম্না হৈ । লাইরিক হায়রা পংহৈ হৈবা মীসু নত্তে । লাইরিক লাইসু পাবসু উদে , কদাইদগী ফারিবনো খংদে ৱারী ময়াম্মনি মানা খংঙিবা । মীগী ৱারী লীবা ওঝাশিং ফাউবা মাগী মমাংদা ৱারী লীগদৌবা খরা খকচানৈ ।

ৱারী হৌরকই ,- থাযনা মমাংঙৈদা লৈবাক অমা লৈরম্মী । লৈবাক অদুগী নিংথৌদু নহা ওইবগী শা-লান, শাদানবা য়াম্না পাম্রম্মী । মহাক্না নোংমগী নুমিত্তা অকন্ন-অথৌ প্রজা ময়ামগা লোয়ননা শাদানবা চংলম্মী । নুমিং অদুদা বোনগী লাইরেম্বীনা মাগী মচা-মনাই শা পুম্নমকপু নাথেম্নবরা খংদে নিংথৌ অমদি প্রজা মযামগী মিংয়েংদা শা অমত্তা উখিদ্রে । নিংথৌদু থমোয়দা নুঙাইতবা অমগা লোইননা খ্বাইদগী খরা হেন্না চংশিনখিবনা

ময়ামগী মিৎয়েংদগী লানথোকখ্রে । নুংশানগা শাবনে নিংথৌদু ঈশিং য়াম্না থৌরাংলম্মী । মহাক্না মাইগৈ মরিদা কোয়লৈ লৈদুনা য়েংখিবদা লাপ্লবা মফম অমদা য়ুম অমা লৈবা উরম্মী । য়ুম অদুদগী মৈখু কারক্লম্মী । মৈখু কারবনিনা তাইবং মী শোইদনা লৈরমগনি খংলদুনা নিংথৌদু মফমদুদা ঈশিং থকলুবগী আশাদা চংশিল্লুরে । মহাক্না তপ্না তপ্না চংশিনখিবদা য়ুম অদুদা মশক মতৌ চংথোল্লবী লৈশাবী অমা চরৈফি শাদুনা লৈরম্মী । মাগী মশক-মতৌ চংথোব্ব । উবদুদা নিংথৌদু পুমসুম সুক্কৎখ্রে । মপুক্নিংদা অসুক ফজবী নুপীবু লৈবা হৌনত্রা হায়না খল্লগা মচিন থোক্না হংখি, -' করিগুম্বা অমত্তা হংজগে ? অদোম্বু লাইরেম্বীরা নত্রগা তাইবংমীরা ?ঐবু ঈথৌরাংবনা চরম অসি খ্রক-খ্রক কংখ্রে । করিগুম্বা তাইবংমী ওইরবদি ঐগী ঈথৌরাংবসি অমুক্তা কোক্লনবা লাইজ-ঈশিং খজিক্তংদি পিনবিয়ু ।'

চনুরা অদুগী পাউখুম ঙাইদনা নিংথৌদু উথোকতেন্দা ঙাথদুনা ওম্থোক্না চোকথনা চাগদৌবগুম নিঙোল অদুদা যেংঙদুনা লৈখ্রে । নিংথৌনা উংঙিঙৈদা চনুরা অদুনা লাইজ-ঈশিং চাইশেল অমা লৌথোক্লদুনা নিংথৌদা পিরে । থবায় তানা ঈশিং থক্লবগী তুংদা নিংথৌনা মাগী থমোয়গী অপাম্বা পুম্নমক লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা চনুরা অদুদা ফোংদোকখি ।

নিংথৌগী অপাম্বা পুম্নমক তারগা চনুরা অদুনা মহাক্কী গর্ভদগী তাবা মচাবু নিংথৌ ওইহনগনি হাযবা ৱাশকপিরবদি নিংথৌনা হায়রিবা পুম্নমক য়াজবা ঙমজগনি । নত্রবদি ঙমজরোই হায়দুনা ফোংদোক্লে ।

নিংথৌনা মাগী পারোন-পুরোন পন্দুনা ৱাশকলে । থাজরদুনা মথোয অনি গন্ধর্ব বিবাহ তৌরে । থরনি মতুংদা নিংথৌদু মরৈবাকতা হনখ্রে অমসুং কোনুংগী নুঙাইবা পুন্সিদা লুপ্তুনা থৌদোক পুম্নমক কাউখ্রে ।

অসোমদা চনুরা অদু মৌগীশিংদা চল্লবগী তুংদা মতমগী থোংচং মতুংইন্না থোইহজি থোইখানুংবা হেয়াং অমা ওনশ্রে । খাবুক তারা নুংবনা তাইবং ফাউরক্লে । মশক মতৌনা চংথোল্লিবা মবুদ্ধি মরৌশিংনা ফখ্রিবা নিংথৌমচা ওইবগী লৈথোন পুম্নমক মাঙোন্দা ৱাৎতে । নোংমা নোংমগী চাউরক্তুনা শাঞ্জন-শনঙাক ঙমজরক্লে ।

চাউশিল্লক্লবনিনা মমান্নবা শান্নমিন্নবদা মাগী মপাগী মরমদা ঙাংনরকপা, মাঙোন্দা মীয়াম্না মপা মশক খংদবগী ৱাখোক চিবোন চিবোন ঙাংলকপদু মাসু তারক্লদুনা নোংমদি মমাদা ওইনদুনা চাক চাও হায়বা য়াদরে । মমানা থেম্মদুনা হংঙি,-' ইবুঙো; নঙবু নশা নুঙাইতবরা ? ঈমাদা শেংনা তম্মু । ' অমত্তা ঙাইরবা মচানা অদুম্না তৌবদুদা মীপাইচাউবী মমাদো লৈফম-চাফম খংদরে । মমানা মথৱায় ৱাবা উবদগী থাংবা ঙমদ্রদুনা মচানা মমাদা 'মাগী মপা কনানো ? মীয়াম্না মাবু মমা ওক্তবীগী মচানি হাযদুনা লক্লবি । ঐগী ইপা কনানো ঈমা, ঐগী ঈপা মশক তাকত্রিমখৈ চাক হায়বসি শোক্তদুনা থৱায অসি থাদোক্লগে ।'

মচাগী অৱাবা মতৌ যেংবা ঙমদ্রদুনা মমানা মচাবু কোল্লদুনা নুংশিনা হায, -' অদুগী ওইববদি লাকও ঈমাগা চাকলেন চাথোকউবসি । ঈমানা ইচাগী মপাবুংগী মবমদা অশেংবা পবিচয তাক্কনি । ' অসি হাযদুনা মচাবু মবুক থন্না পিজবে । অদুগা মনাক্তা ফম্মন্দুনা মপাগী ৱারী চিক্লা শাখি ।

নঙবু পোকপা নপাদি লৈবাক অসিগী নিংথৌ ফম্বালদা ফমলিবা লৈবাক অসিগী নিংথৌ অসিনি । নহানমখৈ নঙনা মতিক চাদ্রিবদুদা ঈমানা নঙোন্দা তমদবনি । নঙনা মতিক চাবগা নপাগী পরিচয খংনা থিবক্লবদি নঙবু নিংথৌ শোইদনা ওইহনগনি ৱাশক্লগা ঈমানা নঙবু পোকপনি । অদুনা নঙ নশাগী নবৌশিংতনা নপাগী মনাক য়ৌনবা চৎপা নুমিত্তা নঙবু নপানা শোইদনা নিংথৌ ফম্বাল শিন্নগনি । চৎলু নপাগী খোংগুল মতিকচানা লিরুচো । ঈমানা নঙবু ক্লেপ্না মঙ্গল ওইজৌ হাযবা আশির্বাদ পিরি ।

মমাগী মঙ্গল আশির্বাদ পুরদুনা নিংথৌ মচাদো মপাগী খোঙ্গুল লীবা থোরক্লে । মানা 'সুমা চৎখি 'সুমা চৎখি য়াচংঙকপা মতমদা খুঙ্গং অম্নদা থুংলুরে । মমশিল্লক্লবনিনা য়ুম অমদা চংশিল্লে । য়ুম অদুদি হনুবী অমগা হনুবা অমগাতমক লৈজবা । মথোয়গীনি হায়বা মচা-মসু কনামত্তা লৈতে । হনুবাদুসু নিংথৌ খন্বনিনা য়ুমদা লৈরমদে । মহাক্লা হনুবীদুদা হায়জে , -' ইবেন ঐ ঙসিতা য়ুম অসিদা লেকচখিগে । হয়েং নোংঙান্বগা হেক্তা চৎচখিগে ।'

হনুবীনা -' ইবুঙো নঙবু কনানো হায়বসু নশকনশাসু খংদে । নমিংনা করি কৌই ? ইবেনদা শেংনা তাকউ ।'

' ইবেনঐগী মিংসি হায়দোকপদা ইকায়দা, হোরেল ইবেন্না নোক্লরবদি ?'

' নপা য়ান্নবগী মচাসিদি । ঐনা নঙগী নমিং তারগা করিগী নোকদৌরিবনো ?

' দুদি ইবেন ঐগী মিং হায়রগেকো নোক্লক্নু, ' নঙগা ঐগা' কৌই ।'

' হা হা, করি মিংদানো নঙগীসিদি ? হা হা হা ।' হনুবীদো শিথা শিথা নোকপনা পুকলি নারে ।

' ইবেন ; ঐগী মিংসি তারগা মী পুম্নমক্না হেক্তমক নোকই । অদুবু ঈমা-ঈপানা নুংশিনা থোনবিবা মিংনি করম্না ওইদবা মিং হায়জিনগনি ।'

' ইবুঙো, নঙগী মিংসিবু নমা-নপানা করম্না থোল্লুরিবনোনে অসুম্না ইবেনদি ওহোক্লবু তানিংখ্রে ।'

' ইবেন, ঐ অসে ঈমা-ঈপানা ওহোক্লা তাংনা ফংজে হায় । অদুনা ঈমানা বাবাদা বাবানা ঈমাদা মিংথোনবা মতমদা নঙহেক থোল্লু নঙহেক থোল্লু হায়দুনা অসুম ইন্নদুনা লৈবদুদা অকোম্বদা মখোয় অনি য়ানদুনা মখোয় অনিমক লৌদুনা নঙগা ঐগা হায়বসিনা ফরনি হায়দুনা অসুম কৌখিবনি ।'

' ফরে ফরে ঐসু নঙবু নঙগা ঐগা হায়দুনা অসুম কৌগেকো । ইবেননা থোং থাক্লগা চাননবা থৌরাং তৌরুখিগে । নখোং নখুৎ হামদুনা পোথারুচো ।' অসি হায়দুনা হনুবীনা নুমিদাংগী থোংথাক্লগা চামিন্নরে অদুগা মাঙ্গোলদা ফম অমা থাবিদুনা পোথাহনখ্রে । হনুবনা কোনুংদগী কুম্নকপদা মাদি লম লাপ্না লাকপগী ৱারদুনা ইশিসিনা তুমথখ্রে । হনুবনসু মীতোপ অমা লাক্নুনা লেকলি হায়বসু করিমতা খংদ্রে ।

নোং ঙাল্লে । নুপা মচাদু তুম্বা হৌবগা হৌগৎনা ইবেন ঐ চুংল্লে হায়রম্মগা মাগী খোংচৎ অদু অমুক হৌখ্রে । হনুবীনা কোম্লক-ৱাইরম কন্না হোৎনরি । হনুবনা তুম্বা হৌগৎলগা হিদাক থকনিংলদুনা কোয়থি থিবদা ফংদ্রবদা হনুবীবু কৌদুনা হংলকখি । হনুবীনা মাঙ্গোল কাচিন্দা লৈরিবা হিদাকসুমনগী মনুংদা য়াওরম্মগনি । অদুদগী অমুক্তা লৌবিরো ।

ঐগী খুৎ ফত্তে হায়রকপদগী হনুবনা চংশিন্দুনা হিদাক সুমন্দা মখুৎ থিংজিল্লুরগা খরা পায়রকপদদি ফত্তবা থি-ঙক্তা ইতোৎ তোৎলকপনা নমথিবনা খাংবা ঙমদ্রে ।

হনুবনা লাউরকই,-' হনুবী ! থি অসি কদায়দগীনো ?'

হনুবীসু ইঙক ঙকখি,-' কদায়দা লৈরম্মীবনোনে ?'

' কদায়দবু লৈরম্মী হায়বগে ? হিদাক সুমন্দনিদনা ।'

'ওহো ! মদুদি শোইদনা নঙগা ঐগানা ফাইরম্মনি , শোইদ্রে ।'

'হনুবী মতোইনরা নঙ ! ঐবু থিবাইফম খংদবা মীগুম্না হিদাক - সুমন্দা মাংশিনগদবা মানব্রা ?'

হনুবনা মখা চিক্না শাউবদুদা হনুবীদো য়াম্না ইংথনা হায়রকই,- 'অদো অমুক্তা জ্ঞানতানা তাবিযু কৈদৌবগে ।' অসি হায়দুনা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক্কী ৱারী শেংনা হনুবদা লিরে ।

হনুবদো ভাব তারদুনা হায়রকই,-' ঠগ লাকই হায়দুনা কন্না ঙাংনরক্লিবসি চুম্নব্বা তারে মদুদি। '

নুপা মচা অদুনা অসুম চৎথিদুনা খুঙ্গং অমদা থুংলুরে । তাঞ্জা অদুদা নুপা অমা ষণলাবা জোড়া অমনা ষম্পোৎ কন্না খোইরম্মী । ষণশিং অদু নুংশাদা ৱাবনা মখোং ইচৎ চৎত্রে । নুপামচাদুনা ষম্পোৎ খোইবিবা নুপাদুদা হায,- 'তাদগী ষণসিগুম্বা ঐগীসু ওহ্নোক্না ফজখ্রবা ষণলাবা জোড়া অমা লৈ । অদু য়াম্না হোংনা যোল্লগে খল্লি । তাদা লৌহৌবা ঙমগদ্রা ?'

' ইবুঙো ; থাদোক্কদবা লৈরবদি খঙহল্লম্মু । লেপশিন্বা ঙমব্রা যেংহৌগে ।'

' তাদগী ষণসি মখোং ইচৎ চত্তনা উই । খরা থৌদুনা খোইউদনা । অদুম্না খোইরবদি ঙসিদা ফৈদোম থুংবা ঙম্মরোই ।'

' ইবুঙো, নুংশা শাবসিনা মখোয়সু শোর মনিং-মমাং চিংঙে । করি তৌরগা মসিবু খরা শাফগদবা নঙ খংব্রা ?'

' এ তাদা, মদুদি অসুম্না তৌরো , মশাদু থুংনবা লৈখোম হেক তৈশিল্লো । অদু ওইরবদি নুংশাসিদা খরা ইংগনি ।'

' অদুনা চুমগদ্রা ?' অসি হায়দুনা ষণগী মশাপুম্বা লৈখোম্না থুংনা

তৈশিনবিরে। নুংশাদা কংশিল্লক্তুনা ঙাইহাক্তুদা অঙাংবা ষণদু ইঙৌ ঙৌনা উরে। নুপামচাদুনা হায়রকই,-' তাদাগী য়ুমবু করম্বনো? ঐ ঈশিং থৌরাংবনা লোইরে। অদুনা তাদাখোইদা চত্তুনা ঈশিং খজিক্তংবু থকলুখিগে।'

ষম্পোৎ খোইবা নুপাদুনা খুদোম্বী থিন্দুনা মাগী ময়ুমদু তাক্লবদা নুপামচাদু পরপ পরপ য়ুমদুদা চৎলগা কৌরুই,-' ও ইতৈমা! ও ইতৈমা!'

' আঃ কনানো? ইবুঙো নঙবু মশক মশাসু অমত্তা খঙদে? করি হাযবগে?

' অসিনি ইতৈমা, আদা তাদানা ষম্পোৎ খোইরিবা ষণসে ঐনা পুরকপনি। তাদাদা লুপা ২০০দা য়োল্লম্মবনি। অদুনা তাদানা ফমখাদগী লুপা ২০০ খক লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পিখো হাযরকই। থাজদ্রগা তাদাদা কৌদুনা হংঙু।'

নুপীদুনা মাগী নুপাদা লাউদুনা,-' নুপামচাসিনা লুপা ২০০ খক পিয়ু হায়রিবসি চুম্রা, পিথোকখোবা' হায়দুনা হংঙকখি। ষম্পোৎ খোইরিবা নুপাদুনা তাবম তাফাত্তনা লাউরকই, -' আঃ পিথকখো, পিথকখো।'

লাপনা লাউরকপনিনা নুপীদুনা মদু পিথোকখো, পিথোকখো হাযদুনা তারদুনা ফমখাদগী লুপা ২০০ খক লৌথোকউদুনা নুপামচাদুদা পিবে। নুপামচাদো হরাও হবাওনা থোক্তুনা মফমদুদগী থুনা চৎখ্রে।

খবা চৎলগা মীযাম অমা জুৱার শান্নদুনা লৈবম্মী। মহাকসু জুৱার শান্নবদু য়াউথোক্তুনা লৈবে। অসোমদা ষম্পোৎ খোইবা নুপাদো ষম্পোৎ থাদোক্তুনা কারক্পগা মাগী নুপীনা নুপামচাদুনা লুপা ২০০ পিয়ু হায়দুনা পুখিবদু ৱারী তৌই। ৱাদু তাবদা ষম্পোৎতগী খবা ৱানা কাবকপগা নুপাদু মাগী নুপীদা কবিগী পিথ্রি হাযদুনা শাউবনা লোইখ্রে। শাউদুনা কান্নদে খোংগুল লিহৌবনা ফৈ খন্দুনা লিচৈ অমা পাযবগা কদোমদা চৎখিবগে হংঙদুনা পরপ পরপ মাইকৈ অদোম্দা চৎখি।

জুৱারদা নুপামচাদো যাউজবা লুপা পুম্নমক তেংনা থাদোক্তুনা মীঙোন্দগী খরা পুশিন্বা হৌরম্মে। মহাক্লা ষম্পো খোইহৌবা নুপাদো হেক উবদা হিংঙেদনা হাযবগী মতাগুম,-' তাদা নঙসু সিদা লাকই। যাম্না ফবে', ঙাইহাক্তা ফম্মু তাদগী লুপাদো ঙাইহ্‌ক লৈরগা পাইখ্রো, চা থক্তুনা

তং তানা পোথারগা চৎলু ।' অসি হায়দুনা শাউনা লাক্লিবা নুপাদুবু নুংশিবা ৱাহৈনা থেম্মদুনা পুক্নিং ফাথখ্রে ।

ৱাবগী মথক্তা নুংশা শাবনা অমুক্তা হেন্না চোকথরবা নুপাদো চা থক্লগা ফম্মদুনা উইথখ্রে । তাঞ্জাসিদা নুপামচা অদুনা জু ৱার মফমদুদা তোল্লিবা শেলদু মানা হল্লকত্রিবা ফাউবা নুপাসিবু থাদোকখিনু হায়বম্মগা মফমদুদগী চৎখ্রে ।

নুংশা শাখিবনা, চাকনা চাক লাম্বনে নুপামচাদো করি তৌশিগে খল্লকই । মনাকতা কোইয়েং য়েংখিবদা অহাউ-অথুমগী দোকান অমা লৈবা উদুনা চুমদ্রিংনা চংশিল্লি । অঙাং অমনা ফম্বা উই । চুমদ্রিংনা চংলগা বোযাম মনুংদগী অহাউ-অথুমদু অমমম লৌরগা চাবা হৌগৎলি ।

অঙাং অদুনা , -' হুবাম্বা, নঙনা কবিগী মিঠাই লৌদুনা চাবি ?'

'কবিগীনো ? ঐনা নুমিৎ খুদিংগী নোইসিদগী অসুম্না চায । থাজদ্রগা নোইগী বাবাদা কৌদুনা হংজৌ ।'

'নঙগী নমিং করি কৌই ?'

'ঐগী মিংবু ? নঙ যাম্না শিংঙিবো । মিং খংলগা তাক্কদবগী যেংঙু । ঐগী মিং হযিং কৌই ।'

অসোমদা মপাদো চাক তোকপগা ঙাইহাক পোথাবগী উবোন উবোন তৌথকবদা মচানা কৌদুনা হাযবকই,-' ও বাবা । হয়িংনা মিঠাই - ঙৈগী লোইনা চাথোকখ্রে ।'

মপানা,-' হেবা । হযিংনা চাদুনবু কযা যাম্না চাখিগনি । চাগে হায়ঙৈগী চাজসনু ।'

' তো তো, নপানা হাযবিবসি তাবব্রা ? ঐনা নুমিৎ খুদিং চায় হাযবেদনা ।' অসি হাযদুনা মখুৎ খিংজিন্দুনা মিঠাই পুম্নমক লোইনা ফিগাউদা হাপ্লগা চৎখ্রে ।

ঙাইহাক পোথারবগী তুংদা মপাদো দোকানদা খোরকলে । মহাক্না খোবকপদা মিঠাইগী বোয়াম পুম্নমক হাংলম্বদুগা হবাও-হরাওনা মচাদা ওনশিন্দুনা,-' ইচানা ঙাইহাক্তুং ফম্বসিদি পোৎশিৎ ওহোক্না ফখ্রে । কদায কদায পৈশাদু ইপাদা পিশিল্লকলো '- হায ।

' কদায়দগী পৈশানো ?'

মপাদো ইঙক ঙকখ্রে ।

' হায় ! নঙনা মিঠাই য়োনখিবগী পৈশানিনে ঐনা হায়রিবসে । অদু পিরকউ হায়বনি ।'

' এ, মদুগী মিঠাইদুদি অমত্তসু য়োনসু য়োনখিদেদুগা, হয়িংনা লোইনমক য়োমদুনা পুখ্রে ।'

মচাগী ৱাদু তাবদা মপাদু পুক্নি পায়দুনা নোকখ্রে ।

হায়রকই,- ' অঙাং নঙ, নতিক নপা চাদনা অহন্দা হেক করেম কথায়নরদুনা । তৌগনুকো অদুম্না । কদায় কদায় নঙনা লৌনিংবা খজিক লৌহৌরগা পৈশাদো ইপাদা পিশিল্লক্লোসে ।'

মচানুপাদুনা শাওগৎতুনা,-' কদায়দগী পৈশানোনে পিদৌরিবসি ? নত্তে ঐনা হয়িং হায়রিবদু মী হয়িংনে মমিং হয়িং কৌবা , খঙ্ঙবা ।'

' ইহে ! ঠগ যৌরক্লম্মেদনা অদুদি । ইপা ভাব তাহৌদ্রে ইবো।

অসুম্না নুপামচাদুনা মিঠাই চার-চারদুনা চৎখিবদা ধোবী ফিশুবা অমা মনাক্তা অঙাং অমা ফন্দাল্লগা ফি ময়াম অমা শুরম্মী । অঙাংদুদা নুপামচাদুনা উৎলা-উৎলা যেংহন য়েংহন্দুনা মিঠাই চাবদু উরগা,-' পাপা মিঠাই চাগে' হায়দুনা চক্রি তৌরক্লে । উপায় লৈত্রদুনা ধোবীদু 'নঙ ফিশিংসে যেংঙম্মু' হায়দুনা থনম্মগা মিঠাই লৈবা চৎখ্রে ।

তাঞ্জাসিদা নুপামচাদুনা মিঠাই পুন্নমক অঙাংদুদা পিশিল্লম্মগা ফি পুন্নমক খোম্মদুনা পুখ্রে । অদু পুদুনা মফম খরা চৎলগা তুরেল তাফম অমা যৌরে । অসুম যেংখিবদা নুপা অমা হি শেগাইবা অমা পুরদুনা ঈশৈ লাউরগা হোন্দুনা তাউথরকই । মহাক্না মদু উবগা হিহোন্বদুদা হায,-' ও ভাই ! নঙগী হিদো ঐ লৌজরগে । ঐগী ফিশিংসে নঙ লোইনমক লৌজখ্রো ।' য়ানরদুনা হিদো মানা হোন্দুনা লাক্লে । খরা চংলগা লৈশাবী অমগা মৌ অমগা মমা মচা হি লানগদবগী লৈরম্মী । মৌ অদুনা কৌরকই,-' ও ইবুঙো ! ইন্দোনখোয়বু অমুক্তা লাম্নোকপিরম্মু । নুমিৎসু তাশিনখিগদৌরে । য়ারবদি ইবুঙো । নঙনা হায়বা শেনফমদো ইন্দোন্না পিগনি । নশক্না নশক ফজরিবা ইচাসিদি । নমিংনা করিবু ক্লৌরিবা ? নুংশিখ্রেদা ইচাসিদি ।'

নুপামচাদুনা খিক-খিক নোক্লগা হায়,- 'ইন্দোন ঐগী মিং হংববু হোরেন তারগা নোক্লগদৌবগী তৌরিব্রা ?'

' করিগী নোক্লগদগে ইচাসিদি । করি মিংবু কৌবগেনে ?'

' ইন্দোন ঐগী ইমিং ইয়া কৌএ ।'

' হা-হা ইবুঙো ! নঙগী মিংদাসে নোকতি নোক্লিংঙে । অদুবু নোক্লোই হায়দোকখ্রবনিনা খাংজিল্লগে । নত্তে নঙগী মিংসিবু নমা-নপানা করম্না থোল্লুরিবনো মচাতানা খংনিংখ্রেদা ইন্দোনদি ?'

' ইন্দোন ; ঐগী ইমাগা-ইপাগনা ঐসে পোক্লগা পিক্লিঙৈদা য়া-য়া হায়দুনা ঙংঙদুনা লেপ্তুনা অসুম কপ্লুনা লৈবদুদা অমনা ফংঙে ই-য়া, অমনা উরে ই-য়া হায়দুনা থেম্বা হোৎনৈ । অদুম্না ইয়া, ইয়া হায়বদগী ময়াম্না ইয়া হায়বা মিংসিদা অসুম খংনখ্রে ।'

' অদো, ইয়া ইবুঙো ! ঐখোয়বু অমুক্তদি তুরেলসি লাম্হোকপিরম্মু কৈদৌবগে ?'

' ইন্দোন ; ঐগী হি-সিদি অকায়বনি । অদুনা মী অমদগী হেন্না তোংবা য়াদে । অমুক্তদা লাম্বা য়াররোই । অহান্বদা ইন্দোন হান্না লানগদ্রা নুপীমচাসি হান্না লানগদ্রা ? অমা হান্না কাখৎপিরো ।'

' ইবুঙো ! নচনসি হান্না লাম্হোকপিরুরো অদুগা ঐবু অমুক্কা লাম্হোকপিয়ু । ইবেমা নঙ কাখৎলো হি-সিদা ।'

লৈশাবী অদু হিদা কাখৎতুনা হোনবা হৌখ্রে । হিদু ঈশিং ইয়াইদা যৌবগা চুমদ্রিংনা মখারোমদা হোন্থখ্রে । হনুবীদুনা মদু উবদা কৌরগা হংলকই,-' ইবুঙো তুরেল ব্লাংমদদি পুদদুনা কদোমদনো হোল্লিবদুবু ?'

' হো ইনেম্বোক ! ঐ নচানুপীসে য়ুমদা অসুম পুজখ্রগে ।' অসুম্না লাউদুনা খুম্লকখি । নুপী অদুনা উপায লৈত্রদুনা কন্না লাউবকখি,-' লৈকায লৈকায়শা ঐগী ইচানুপী পুদুনা চেনখ্রে । অমুক্তা কনবিয়ু, অমুক্তা কনবিয়ু ।'

নুপীদুনা লাউবা তাবদগী লৈকায়গী মীযাম মফমদুদা চেন্নবকখি । মীয়াম্না করি তৌরে হায়দুনা হংবদা নুপীদুনা হি-দা খুদোম্বী থিন্দুনা ,-' তু আদা ইয়ানা ইচা পুখ্রে ।'

ময়ামদো ফাক ফাক নোক্লগা ,-' হনুবী নঙ ঙাওবা কয়াম কুইরে ?

নয়ানবুদি নচা পুদনদি কনানা পুগনি ?’ হায়রগা হনুবীবু চৈ চৈদুনা চৎনখি । হনুবীদু অপংবা তাদুনা কপ্না কপ্না লৈহৌখি ।

লৈবাক শিনবা থুংনা ‘ঠগ লাকই, ঠগ লাকই চেকশিল্লু’ হায়দুনা অমগা অমগা ফংনবা খুদিং পাউজেল ওইনা ঙাংনরকপদগী তাদবা মী য়াউরকত্রে । নিংথৌগী নাকোং য়ৌখ্রে । চৈরাপ তিনখ্রে। চৈরাপ্তা মন্ত্রীনা মীয়াম মাংদা লাউথোকই,- ‘ লৈবাক-প্রজা মীয়ামশা, ঙসিগী নুমিদাংদা ঐনা শোইদনা ঠগ ফাগনি । কনাগুম্বনা মপান থোকপিরক্কনু ।’

লৈবাক্কী মীয়াম্না ,-‘ তারব্রা, ঙসিদি খোংবৈ বড়মন্ত্রীনা ঠগ ফাগদৌরি হায়য়ে । নুঙাইগদৌরিদা হয়েংদি ঙন্তানা ঠগ য়েংবা চৎলুসি।’ অসুম্না অমগা অমগা ঙাংনবনা লৈবাক শিনবা থুংনা ৱা লাউখি ।

নুমিদাং অদুনি । খোংবৈ বড়মন্ত্রীনা অথেংবা মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা তাঞ্জাদা অসুম রাজপথ সনালমজাউদা মতিকচাবা খুৎলাই অমা পায়দুনা কোয়না চৎলম্মী । মতমসিদা নুপামচাদুনা লম্বীলমজাউ মনাক্তুদা উখুন অমা ফজনা তৌ-রগা মশাগী মখোং অদু অমুক থিংজিন অমুক শৎকৎ তৌদুনা লৈরম্মী । বড়মন্ত্রীনা মদু উরগা,-‘ কনানো ? নহাক ঙসিগী পাউ অমত্তা তাদ্রা ? লৈপাক্কী বড়মন্ত্রীনা ঠগ ফাগনি, কনামতা মপান থোক্কনু হাযবদু । করিগী উশিং থৌওইদে ?’

নুপামচাদুনা,-‘ বড়মন্ত্রী ! ঐহাক তাদবা নত্তে লৈবাক্কী নুঙাইরবা পাউদু তাজে । অদুবু করিদি তৌগনি । ইশাগী লাইথুং কোক্লনবা মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা মতমদা ওঝাগুরুনা তাকপিরকপা শাজেল অসি তত্তনা শান্নহৌদ্রবদি য়াদবা মতাং থোক্তুনা শাজেল অসি শান্নজরম্বনি ।ঐবু ঙাকপিয়ু বড়মন্ত্রী ।’ অসুম্না নোঞ্জনা হাযজরক্কে ।

‘ করিগী শাজেলনো নহাক্না লেপ্তুনা শান্নরিবদু ?’

তাঞ্জা ফংলদুনা নুপামচাদুনা হায়রকই,-‘ঐগী খোং অসি পোকংভেদগী ইপে লৈ । অসি নোংমগী লেপ্তুনা উখুন অসিদা হান্নসা শুজিন্দুনা ঙাইহাক ঙাইহাক থম্মী । য়েংবিয়ু ঐগী খোঙসি হান্নগী নত্রে য়াম্না ফরে’ অসি হায়দুনা মাগী করিসু তৌদবা মখোংদু বড়মন্ত্রীদা য়েংহল্লি । বড়মন্ত্রীদু নুপামচাদুগী মখোংদু উরগা ইঙক শুক্লদুনা মাগী মখোং অপৈবদুসু য়াম্না

ফনিংলক্কে । নুপামচাদুদা মানা হায়জরকই,-‘ ইবুঙো ! নঙগী নখোংসে তশেংনমক ফরকইব্রা ? ঐগীসু খোংসে অদুম্না তৌরবদি ফখিগদ্রা ? ’

‘ বড়মন্ত্রী ! ঐগী ৱাখলদদি শোইদনা ফগব্রা খল্লি । য়েংবিয়ু ঐগী ইপৈ পৈরম্বা খোংসিনা করিসু তৌদবা মাল্লকলিবসিনি । বড়মন্ত্রীসু চাং য়েংবিগে হায়রবসু য়েংবিয়ু , করিসু কায়দে ।’

য়ানিংলদুনা বড়মন্ত্রীদু উখুন অদুদা মখোং থিংজিল্লে । তপ্পা তপ্পা নুপামচাদুনা লৈবাক হাপচিন্দুনা শুজিনখ্রে । অসুম্না খোংবৈ বড়মন্ত্রীদু অহিং অদুমা ইংলবা উন মরক্তা ৱানা লেনখি। নোংঙাল্লগা লৈবাক শিনবা থুংনা বড়মন্ত্রীনা ঠগ ফাগনি হায়বদু ঠগনা বড়মন্ত্রী ফারম্মে হায়রদুনা ৱা-ৱা লাউখ্রে । পাউ অসি তাবদা লৈবাক নিংথৌনা শাউবনা মৈ হৌরে । চৈরাপ্তা লেপ্লদুনা মহাক্না,-‘ঙসিদি ঐনা ঠগ শোইদনা ফাগনি ।’অসি হায়দুনা লাউথোকখি ।

অহিং মীচিক মীরাউখোল তাখিদ্রে । নিংথৌনা মনাই-মশল কনামতা যাউদনা রাজবেশতা লৈতেংঙদুনা শগোল অমা তোংলগা লম্বী লমজাউদা কোইচৎ চৎতুনা ঠগপু থিরম্মী । মতম অসিদা নুপামচা অদুনা ফিজেৎ-ফিগাই শেৎপা হাওনুবা অমগী মওং মান্না সনা কৈথেলদা শিংপোৎ খরা থারগা ফম্লম্মী । নিংথৌনা থেংলবা মতমদু ফাউবা সনা কৈথেলদা ফিজেৎ-ফিগাই শেৎপা নুপাদুবু উরগা ঙক্লদুনা হংলম্মী,-‘ কনানো ? নহাক অসুক থেংলবা মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা মতমসিফাউবা কৈথেল অসিদা করি তৌবা লৈরম্মীবনো ? লৈবাক্কী পাউজেল তাদব্রা । নত্রগা উশিত্তদুনা তৌরিব্রা ?’

‘মহারাজ ! ননাই ঐহাক লৈবাক্কী পাউজেল পুম্নমক তাজৈ । উশিত্তদুনা তৌজবসু নৎচদে । লাইরা অনংবনা মরম ওইদুনা তৌজবনি । ঙসিগী চরা অসি শিংজা অসি যোল্লগা ঐনা পুবা চেংজেন অদুনা নোংখৎলুগদবনি । ঙসিদা ঐগী শিংজা অসি লৈবিগদবা কনাসু লাকত্রে । থেংলবা মতমসি ফাউবা কনাগুম্বা অমত্তনা ঐগী শিংজা অসি লৈবিরদ্রে । অদুনা অকি-অখং লৈতনা ঐনা হৌজিকফাউবা য়োনবা ঙাইজরিবনি ।’

‘ ফরে, ঐনা নঙগী ৱাদু য়াবিবে । নঙনা মফমসিদা লৈরিঙৈদা কনাগুম্বা চিংনবা মওংগী মীশককা চৎখিবা উহৌবা ল্লাকপা লৈব্রা ?’

‘ মানি মহারাজ । হৌজিক্তা নুপা অমা য়াম্না য়াংনা মাইকৈ

অসোমদা পরপ পরপ চৎখিবদু ঐ য়াম্না চিংনরক্লে । ঐদি মদু খল্লুদবনিনা মাঙোম্দা করিসু ৱাহং পাউহং তৌহৌদ্রে ।'

ৱা অসি তাবদা নিংথৌদু পন্থবা তৌদনা মাইকৈ অদোম্দা শগোল তোংঙদুনা কন্না থৌদুনা চৎখ্রে । ঙাইহাক মতুংদা নিংথৌদু অমুক্কা শগোল থৌদুনা হল্লক্লে । অদুগা নুপামচাদুদা করিগী ওইদবা ঙাংলিবনো হায়দুনা শাউরকখি । নুপামচাদুনা হায়জৈ,-' মহারাজনা সিদগী থোকখিবগা মীওইদু অসোমদমুক তনহন হন্দুনা য়াম্না থুনা চংখি । পংলাপ লাপ্নমগনি হায়ববু থাজদে ।' নিংথৌদু অমুক্কা শগোলদা ফন চোংখত্তুনা মাইকৈ অদোমদা কন্না থৌখি । অদুবু অমুক্কা থুনা হল্লক্লগা শাউরখি ।

নুপামচাদুনা তপ্না তপ্না হায়জৈ, -' মহারাজ ! নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেংশেৎতুনা, শগোল তোংদুনা তান্নরগা ঠগ ফাবা ঙমগদবা মান্দে । ঠগ ফাগে হায়দুনা খনবিরবদি ফিজেৎ-ফিগাই শেত্তুনা মতৌ মান্দনা চৎলগা ফাগদবনি ।' নুপামচাদুগী ৱাদু তারগা নিংথৌদু চুম্মালে হায়দুনা নুপামচাদুদগী মাগী ফিজেৎ-ফিগাইদু লৌরগা শেৎলে । নিংথৌ ফিজেৎতুনা নিপামচাদুদা পিরম্রে ।

নিংথৌনা চৎথোকখিবগা নুপামচাদু কোনুং তম্না লাক্লে । থোঙশংবদা হায়রম্মী,- 'চেকশিল্লু ইদাইরেমশা ! ঠগ চংশিল্লকপা য়াই । কনাগুম্বানা ঐ লৈবাকসিগী নিংথৌনি হায়ররবদি মাবু সুকচং চংহনগনু ।' অসি হায়রম্মগা কোনুংদা চংশিনখ্রে ।

নোংঙাল্লকপা অদুৱাইদা থোঙশংবাশিংনা ঠগ লাক্লে হায়রদুনা কোইলাউ লাউনরক্লে । পংফু ফুবিরবগী তুংদা মানা , -' ঐ নিংথৌনি ।' হায়রদুনা লাউরকখি । মুন্না য়েংশিল্লুবদা তশেংবসু লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইরম্রে । ময়াম্না অহিংদা চংখিবদু কনানো ? শোইদনা ঠগ ওইরম্বা তারে হায়দুনা কোনুংগী সিংহাসন তম্না খুৎলিংদুনা চংশিল্লে । সিংহাসন মথক্তুগী নুপামচাদুনা কুমথরক্তুনা মপাবুংগী মখোঙদা তুদুনা হায়জখি,- 'ইমানা ঙাকপিবা মতুংইন্না ঐনা ইপা মশাক খংজগে হায়রদুনা থোঙ্গুল লিজরকপনি । ঙসিদা ইপা মশাক খংজরে । পহৌনা ঐবু ঙাকপিয়ু ।'

oooooooooooooo

লোইজরে ।

## নহারোল খোরজৈ থৌগল্লুপ জারিবোননা ফোংশ্রবা ঃ-

১। ওইজবনি থাদোইলা লোই কারবগা (শেরেং/বীরেন লাইশ্রম/৯৫)
২। লমহক্কুরবা পুন্সি (ৱারীমচা/সুরাম/৯৬)
৩। থিন্জাংগী মরূপদা (শৈরেং/পুষ্কম লোনী/৯৬)
৪। অপোম্বা চৈন (শৈরেং/লাইশ্রম মুনিন্দ্র/৯৬)
৫। মপা চারবদি কমদৌনি (ৱারীমচা/সুরাম/৯৭)
৬। জারিবোনগী ৱারী লীশুন (পুৱারী/কাকম চন্দ্রশেখর/৯৭)
৭। ফুজারারী ২শুবা শক্লক (এন.খেমনি/৯৭)
৮। লৌশিং চাওবা মরি (কাপীৱারী/সুরাম/৯৭)
৯। খোজেন্দ খোজেন্বা ৱারী কামিনী কুমার মনা কংলবা (শৈরেং/সনামচা/৯৮)
১০। ইতিহাসকী লায়মায়গী মরূপদা (ঐতিহাসিক ৱারীমচা/নীনাদেবী/৯৮)
১১। মমল শিবিররোইশ্রবা ৱাকৎ (ৱারীমচা/সুরাম/৯৮)
১২। ৱারী ওইশ্রবা ৱারী (ৱারীমচা/নাওরেম রাজেন/৯৮)
১৩। অচাইবা ৱাহেং (ৱাহেং/লাইশ্রম রাকচীং/৯৯)
১৪। অহাংবা মপি (শৈরেং/পুষ্কম লোনী/৯৯)
১৫। করিগী ইদোম কপকনি (শৈরেং/বীরেন লাইশ্রম/৯৯)
১৬। জুবার (ড্রামা/সুরাম/৯৯)
১৭। ফুজারারী ৩ শুবা (এন.খেমনি/৯৯)
১৮। খোঙ লোনশিনশ্রবা যুম (ৱারীমচা/কোনসম বিনোদ/৯৯)
১৯। অমুবা ইমফি (শৈরেং/লাইশ্রম মুনিন্দ্র/৯৯)
২০। দুর্গাদাস (অনুবাদ উপন্যাস/কোনসম বিনোদ/২০০০)
২১। খোমজিনবা পাওতাক পাউরো (পাউরো লাইরিক/চোংথাম বাবুতোন/২০০০)
২২। খুনুখোংগী শমদগী হিংনবা লান (ৱারীমচা/সুরাম/২০০০)
২৩। শৃংখল (অনুবাদ ৱারীমচা/নীনাদেবী/২০০২)
২৪। রবীন্দ্র রস (রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পুন্সিগা মরি লৈনবা/সনামচা/২০০২)
২৫। পারি ইমোম লৈতবরা লৈমা মনা কংলবা (শৈরেং/বীরেন লাইশ্রম/২০০৩)
২৬। মীরা মেমসাহেব কামিনী কুমার মনা কংলবা (ঐতিহাসিক উপন্যাস/সুরাম/২০০৩)
২৭। [illegible] (শৈরেং/[illegible]/২০০৫)
২৮। মৈথুনা চুশিনশ্রবা অতিয়াদা (শৈরেং/এম.চিংলেন/২০০৫)
২৯। সুরামের নির্বাচিত ছোটগল্প (বাংলা অনুবাদ/সোরোকখাইবম গম্ভীনি/২০০৫)
৩০। শেক্ষেত অমসুং অতৈ ৱারেপ খরা (রমরচনা/সুরাম/২০০৬)